## শকুম লার্থবা এমঃ ডিঃ ইউঃগী আর্ষ্টিসিং

নুপা :—

১। কদেং থাংজহনবা — চন্দম গোপাল সিংহ

২। কদাং ঙাক্লংহনবা —১। এলাংবম জয়চন্দ্র সিংহ

—২ " মতিলাল সিংহ

৩। লাইজিংলাকপা —১। মাইবম রামচরন সিংহ

—২। চন্দ্র সিংহ

৪। ওকচিল্লাকপা —১। নিংথৌজম তোম্বী সিংহ

৫। তোলোমচোবা —১। চন্দ্র সিংহ

—২। [illegible]ইদেম বিহারী সিংহ

৬। মোইরাং নিংথৌ —১। [illegible]ইদেম দেবেন সিংহ

—২। নীলমনি শর্ম্মা

৭। অমাইবা —১। ঘনশ্যাম শর্ম্মা

৮। কৈস্নুম শঙলেন হঙবা — ইবোহল, তোম্বা অসিনচিংবা

নুপী :—

১। তোনু লাইজিংলেম্বী —১। থম্বাল ঙৌবীমচা দেবী

—২। তোন্দোন দেবী

—৩। ইবেয়াইমা দেবী

২। থোইনু —১। তোম্বী দেবী

—২। অরুনা দেবী

—৩। ইবেয়াইমা দেবী

৩। লাইজিংলাকপী —১। গৌরমনি দেবী

—২। মানবী দেবী



অইবা মশানা ফোঙজবা, ১৯৮৮

ছাপা নম্ফম্ ওরেন্টেন প্রিন্টিং হোম্ যাইস্কুল, ইম্ফাল্

# তোনু-লাইজিং-লেম্বী

## অহানবা মতাং

অহানবা উ.পা

পুখ্রী মপাল লৈকোল       মতম—অয়ুক

( লৈ-স্থ িংথিনা শাংপা পুখ্রি মপালগী লৈকোন্দা খাবা শম্বলদা য়েংতুনা শাংপা লৈবাংদা খোইমুনা ঙংলদুনা লৈহি চুপলিবদু য়েংলগা তোনু লাইজিংলেম্বী ৱাখলগা ঈপাক্তা তাউদুনা অঙাওবীগী মৃতৈগুম মতোমদা মুরুম মুরুম শোল্লি, মপ্লায় নুংঙাইদুনা নোকচ )

তোনু—( মতোমদা শোনজবা ) ঙসি ঐগী খোমলেন মঙলানচান অদুদু মঙগ্রেম্ববু ওইগদ্রা? "শরিসো, খোমলেন মঙলানচান্দা নুংশি মিংয়েং মিংচান্নখিবা তমব মহাকপু কেগে মোইরাং লৈবাক্তা লৈরমগদ্রা? পাখং মানা মিংচিনা হাইফেং হাইফেং য়েং, তুম্বক তুম্বক চিঙ্গোয়-নরম্বদো খোম্লেন মঙলানচাননি খঙনা খঙনা পায়মা নুংদা কাউগে স্নুকঙম হেক ঙমদেদা। চিংঙু থাংজীং কোরেল্লাই, পালোই তাবা লাইনিংথৌ! খোয়ুম নঙনা কুবিদুনা তাইবং মালং পানসিদা পাখং মাগা অপাম নুংশি ৱায়থুংনজগে। হায়না মখুং লোন্নদুনা খুরুম্মী। লৈ অমা হেক্লগা মনম নমদুনা ঈশৈ শকই)।

লৈরাং নগুন্না শাংদুবা
খোইমু মাগীবু নত্তবরা
খোইবু নগুনা শুংজবা
শিঙেল মস্থুং লাংগীনি।
নুজা মঙলানচান্দা উজবরা
মঙগ্রেম হাগ্রেমহনবিনু
লৈপুল খয়োম শেম্বদা
লৈরাং লৈচা শেংপিগন্নু,
চিংগু লংলা পাদম্বদা
লংলা পরৈ তুংহনবিগন্নু,
পুলি খোঙলোয় ওইজবা,
থাংজীং নগুনা কুবিযু।

( থোইবু নুমহনা ঈশেং ত্তাই। ঈশেং শকপা হেক লোইবগা থোইবুনা করেমহনা। ঈশেং শকপা, তোম্বুনা শকহুননিংদহনা খানগে হোৎনবা খাম্বা ওমদে )

খোইবু— মরিংনা শাবা শংবাইবু
নামা হাঙনা শাদেদো
চিংগুনা শেম্বা খুংশৈমম্বু
মাপা বাংনা শেমদেদো
লৈরাংনা ফগায়না শাংলকপা ঈরোইনা
মালং মানা পাঙথানা

শিঙেল পায়মা খোয়দাবা
ঙংলগান খোইম্বু লেপাম্বদো।

খোইম্বু— কায়বা য়াদ্রবা চিংঙ খুংশেমানি, কারণী অদুক মুজা পায়মা খোয়রাংলুরিবনো ?

তোম্বু— খোইম্বু ! করিনোনে পায়মা মুংসে ওম্বোক্লা খোয়রাং লিলাংগ্রেদা।

খোইম্বু— খুমাং খোংলু চামারক অহা অনা চাউগনু।
পায়মা শিরৈ লোম্বু পায়মা মুংদা থমগনু।
খ'ঙবদা মকম্বু নিঙোল নশকক লাকখিনিয়ে।

তোম্বু— পাশাংবী নঙবু ঐগী য়াম্রাশি অয়ুক্তদি তাখো।
উনবি পুক্লিংন্নে তুয়াং তশোইরে হান্নৈমি।

খোইম্বু— নিঙোল পায়মা মুংগী য়াখল্লুদি খঙদবনা নতেং পাংসি পাংঙমদ্রে, পায়মা থপচানবিগনু।
পাম্মু কনাগী মপাউনা মুংশি কনাগী চেংলোনা নিঙোল্ল পুক্লিং তুয়াং তশোইরিবনো ?

তোম্বু — খোইম্বু ! ওম্বোক্লা খেনা মুংশি হাহাম।
কাউগে হোংনা কাউবা মুকঙম চুম্মদে। মাঙদা চপ্ চুপ লেপ্পরে। তুয়ক তুয়ক চিঙ্গোয়নরম্বদো কাউবা ঙমদ্রে হাহাম।

খোইম্বু—· ঐখোয়গী ইবেম্মসে করিনোনে, পায়মা ঙাউবু কাউবরা ? ইবেম্মগা চিঙ্গোয়নখিবা তমবদুবু কেগে য়ুম্নাকচা করিনো মোইরাং অঙগা কনাগী মপারিনো ?

তোম্বু— কব্রিনোনে পাঙজোম্মীসিবু। মহু খঙলবদি কব্রিগী পাম্নমা খোম্নরাংজক্লগবনো ?

থোইবু— কেগে য়ুম্নাকচা খঙদ্রবম্ন-কোলোয় মিংলেন্দি খঙভিনিদনা ?

তোম্বু— খঙদে হাইমি।

থোইবু— ( ইঙক ঙক্লুনা ) হাইমা কবিনো চিঙ্গোম্ন-বিরিবা ম্নারাসিবো, ঙকচরেদা শরিসো ঐদি। অতুক কুইনা নুংশি মিংম্নেং মিংচাম্নপ্পগা তমব মাবু কব্রিগা কোলোয় মিংলেন খঙবিহৌত্রিবনো ?

তোম্বু— তাইবং মালং ম্না। নত্তে, খোমলেন মঙলানচানগী ম্নাংানি হাইমি।

থোইবু— ( মতোমদা ইশি শিনা নোক্লুনা ) কবিনোনে ঐখোম্নগী ইবেম্মসিবো ? খোমলেন মঙলানচানগী ম্নারাবু রাচাম্নদুনা পাম্নমা খোম্নরাংলবা অদুনদি তাইবং মালংদা উরবদি নিত্তোম নগাই থাদুনা লৈকায় পনবাল লাপ্পনিম্নে।

( হায়না মরেংবান্দা খুবাক্লা থাবা মখোয় অনি নোকমিম্নে )

# অনিশুবা উৎপা

**লম্বী** **মতম — নুংথিল**

( কদেং থাংজহনবা, কদাং শেল্লুংবা রায়ী শাংনা লাকই )

কদেং— পাথৌ ইবুঙো। নুংশিবনা খোঙাই হান শকথঙবনা তুংওইহৌ পায়মা খোয়দাকম খঙদ্রে। ইবেশ্মা অয়াং লৈমাগী রালোং কবোক পোবলিবী নুরা মাগী চেংলো শক্রুম উবদা পাখং থনুং নুংঙাপা হায়নিং রানা ফিয়োমশা হায়দোকপদি ঙমখিদে।.

কদাং - পাথৌ ইবুঙো ! লৈরাং লৈকা ফংগা খোইমু শঙ্কু ইনবনি, হৈরাং চবোং চুন্নগা খোইয়াম ইনবা মশিননি। লৈরাং শক্লা হেন্নগা শিঙেল রাথোক ওইনৈদা. খোইয়াম য়াঙা খোনফমদা শিঙেল রাথোক ওইহনা তোক্কনি, পায়মা খোয়দাবিরুনুনে পাথৌ।

কদেং নিঙোলমগুং লাংগীদমক কেগে রাথোক ওইরবস্থ পাখং শয়েং পালহু তিংলমগে। নুরা মাগীদমক্তা চায়না খোংফেম্না মরোং চুংফুংনা খোকলাং পামশিংনবা পায়মা নুংদা চিংনজদে।

কদাং— অপাম মুংশি পনদেংলিং থংলেন তাউজিং য়ানবনি। হৈরাং মাবু চাহুনা পাখং পুকস্থ থলহোদা তাউজিং

য়াবু কুমগদ্রা ? নুংশিরগা মরোইরে পায়মা করি রাখলনো অপাম্বনা মক্করে কয়মা অরেপ্পা শরি ওইগনি, পায়মা রাখল তৌবিয়ুদা পাথৌ।

কদেং— চিঙ্গোয়নবিবা য়াঙ্গা পুম্বা অরেপ্পনি খনভেদো পাথৌ। অতুবু চিংঙু নোংদমখোল য়েংনবা নুরা মপাউ হংগে পায়মা হুংদা খনজরে। তুংলমচংকী য়াংাদি চিংঙু মাতনা খঙবিবনি, নমু তাইবং ঐখোয়না করিবু খঙগনি। ( মতমসিদা তোন্নু থোইন্নু লাকপা উবদা ) চিঙ্গোয়নরিঙৈ কেগে সেংরোক য়াংবীথক নুরা খোঙকাপ তমলক্লে। পাথৌনা হুংশিবিরবদি নুরাগী মপাউ অমুক্তা হংবিয়ুগবা।

কদাং - ইকায়থিবী নুরা ওইবীনা ঐ য়াওই খন্দূনা চিঙ্গোয় পাউখুমলক্কবা য়াই। অতুনা ঐহাক ফোইদিং মরকসিদা রাংলেন ঙাহাক নাথুপচগে। পাথৌনা নুরা কোলোয় হংবিহৌ কেগে লৈকায় খঙবিহৌ। নুরাশিংসি য়ৌশিল্লক্লে, পাখং শিন্থা পাংথোকউকো। ( হায়রম্লগা কদাং লোংখি। কদেংনা পাথৌ কৌহনা তান্নগে তৌবদা তোন্নু থোইন্নু চঙলকই )

থোইন্নু— ( কদেং উবদা ঙক্কুনা ) ;হাইমা। ইবেম্মা অয়াং লৈমগী রালোং কবোক পোকলিঙৈদা থেংনখিবা খোমলেন মঙলানচান্দা উখিবা মিৎতা নাতা নুংশি ইবেম্মনা ঙসাই চিঙ্গোয়নখিবা পাখংতু অমুক লৈরমলে।

( তোম্বুনা য়েংথোকখিবদা কদেং উবদা ওক্লুনা "হ.ইমা" হায়দোকখি। তোম্বু কদেং অনি মমিং চায়ে ইকায়নহুনা লুকথৈ। মহু উবদা থোইন্বুনা কদেংদা অমুক য়েং তোম্বুদা অমুক য়েংলগা করেমনহুনা )

থোইন্বু— হাদা লৈরাং শবহেলম্বু শিঙেল মায়থোং লুক্লক্লা মিংচিগী তেলনা তেলকাপ্পা তেঙ্গা থোংবা হৈবিম্বু মালং মানা মতেংপাং পানগদবা চেক্লাদদি পান্দা পানহদবা উরাংদা পান্দুনা চেক্লা মাবুম্বু ফাহৌদা লৈরাং মায়থোং শুকলকপা ননাই থোইন্বু য়েংবা ওমজরোইয়ে।

তোম্বু - ( ইকায়বা উংতুনা ) ঈপাল থাগী ঈচেলনা চাংজৌ মাতা য়েংবগুম ন্নুংশি লাইজ ঈচেলম্বু পাম্মু চাংজৌ মাপালাং নুংশি ঈপাক্তা তিনজবা চিংঙ্ থাংজীংনা বুবিসন্বু।

( কদেং পাউথুম পীবা ওমদনা মরু লুক্লুনা লৈবহু উবদা কদাং লুম্মুবদগী থোরক্লগা )

কদা— কোরৌ মৈশা লাংবনা রাবল মৈচাক খঙবদা ঈখৌ লাংলবা চেক্লানি। নুংশি লাইজ ঈহৌরকপা চেক্লা মাগী মশক্লকওই খবোম থম্না থকচবা চিংঙ্ থাংজীংনা কুবিসন্বু। ( কদাংগী রাহু তাবদা হরাওহুনা কদেংনা "পাথৌ" কৌরগা বোল্লি। মহু উবদা তোম্বু থোইন্বু ইকায়হুনা মমায় ওনশিন্নে )

থোইনু— ঙ্গুখৌ লাংলবা চেক্লাও। নুংশি লাইজ ঙিলেব খৌরাংভি খুমোংনগে খল্লবদি নুংশি লাইজ ঙইংতুনা তোক্কনি পায়মা রাখল তৌবিয়ো।

কদেং— ( ইকায়বা উংতুনা ) নৈপাল মানা নৈরেপমা তাউভিং চরোং চুম্বিবা, লৈপাল মানা লৈরেপকা শিঙেল লৈশাং তম্বিবা চিংঙু থাজীংনা চুবিসনু ( কদেংগী হাতু তাবদা তোম্বু হরাওদুনা থোইনুবু বোল্লি )

কদাং— শিঙেল লমী লৈনমবু মালং নুংশিং মানা লৈরং মাগী মতেং-ওই, খোইমু কাদা তাক্লবা লরাং শাংফমদি খঙজদা ককণ্ডাউনবা খোইমুনা য়াংদো লম্মুক্কববু চিংঙু কনাগী খুজিননা খোয়ুম 'করম্বগী নোংদমনা লৈরাং শাংফম খঙগবা ?

( তোম্বুনা থোইনুদা খুম্মু লোনা ইঙ্গিং পী )

থোইনু— লৈহি কাদা মীহোবা চীংজাউ খোইমু লৈপাম্বও! লৈরাং লৈখোং থিবনা খোইমু নথৌ ওইবনি। পায়মা খুরৌ চেনবিগনু, খোইমু নকাদা লৈরাং শাংফম তাকচরমগে। ( তোম্বুনা শাউনা খাম্বা শাশিন্নতুনা ( থোইনুগী মফি পায়তুনা য়াম্মৈ ) লাইজিং লাকপগী লৈকোন্দা তোমশাংনবী লৈরাংনি। লৈরাং কোলোয় মিংলেম্মা তোম্বু লাইজীংলেম্বী কৌইদো। য়ুমথংনবা ইচেম্ব ইনেমদা পাউথংবিরকউ, পাখং নতেং পাংজগে।
( তোম্বুনা ইকায়তুনা থোইম্বুবু চিংতুনা পুখি )

কদাং— চিংঙু নোংদমখোল লাকলে, লরাং শাংফম খণ্ডলে, শিঙেল লৈখোং তম্নসি ( হায়না কদেংগী মখুং পায়রুনা চিংই )

কদেং— ( চংখিবা মায়কৈদা লেংলগা ) লাইহিংলাকপগী মমোম-লোই দুবা কোলোয় মিংলেম্না তোন্নু লাইহিং লেশী।

কদাং ইহে, অণ্ড'ও দুরৈ চল্লেদনা। ( নোক্কুনা মতাওবু বোল্লি )

---

# অহুমশুবা উংপা

## লাইহিংলাকপগী মঙ্গোল মতম — নুংথিল

( লাইহিংলাকপা লাইহিংলাকপী মঙ্গোন্দা রারী শাই )

লাইহিংলাকপা— চহী কুমজা কয়া চুপ্পা চিংঙু খুয়াদা খাদা হৈশিং চামা লৈশিং চামা কংতুনা পারি ইমোম পোকে নিজবা চিংঙু মানা কুবিন্থনা পারি শক্লা পীবিরবা ইমোম লাইহিং লেশী অসি কুমসি কুমজাগী চিংঙু থাংজীং হরাওবা মথোই কাবদা কেগে অণ্ডম্বা কনাগী মপান্নি মোইরাং অথোবা কনাগী মমোমগা লাম্বা পাদুম্না চিংঙু থাংজীং লাইমাণ্ডদা জগোর

খুংথেক কংলগবা ? করিগুম্বা ইমোয়া জগোয় খোংলৈ অমা শোইখিবদা লাইজিংলাকপা তাংজ মায়রুকুবা ইকায় চরৈনবনিদো। ঙসি কোরৌ নোংদগী ইমোম জগোয় তখিগে।

লাইজিংলাকপী—নিঙোললাকপা মরানয়াই কেরে শিংকুম খুদিংগী খোয়নৌ মতাপিংগা লোয়ননা জগোই খুংথেক তম্বা চংলিবনি।

লাকপা— ঙসি কোরৌ নোংদগী ইমোমগী জগোয় শাথেক য়েংশিনগে। কেগে লৈবাক মীমাঙদা লাইজিংলাকপা ঐ চোপকদে। ইমোম কৈদা খোঙশানখি।

লাকপী— কুমসি কুমজাগী ইবেম্মা অয়াং লমগী ৱালোং কবোক পোকপহ্‌ কেগে খোইবাংয়মা লৈকায়দা লৈরং মাপল শেয়গা খুম্বক খুনথাগী চম্‌ নিঙোল কেগে ঙাঙোই পাখংশিংগা লোয়ননা ৱালোং কবোক পোকনি মপুগী সনায়াখং পাউজেল ফংবদা ইমোম লাংলেনগা খোইন্‌ মপু মমাই অয়ুকী তয়া চানঙল চারগা খোঙশানখি। কোরৌ ৱাংলেন, ৱায়রকলে, ইরানয়াইদা হললগনি।

লাকপা— ইমোমা হলরগা মমা নঙমা থেমঙনা নৌঙনা খুংথেক খোঙথাং মিংলেং নরাবং কুপ্রা তখিগদবনি। কেগে লৈবাক মীমাঙদা ইমোম চোপকদে।

( তোম্‌ খোইমুঙ অহিংবা হরাঙনা চঙলকপা উবদা )

ইথাগী লাংয়োর, চরৈন্‌ ইমোম মখোয় হরুবা ?

তোম্বু— ইপাইহুঙো। ( ইমুংদা চঙগে তৌই )

লাকপা— ঙাইখো ইমোম! লোইজা মিহুৎলাকপনা জগোয় খুংথেক তম্বিগদি জগোয় খোঙ্গুলি খুংথেক শুনা খঙলব্রা ?

তোম্বু— খঙজরে অপোকপা।

লাকপা— ঙসিদি ইমোমগী জগোয় ইপা য়েংগে। চিংঙ্ থাংজীং লাইমাঙদা কেগে লমরোল অরেং খোয়মা লেংমাম্নবী নতাশিংগা লোয়ননা কেগে কম্মাইবা ফমদো নিংথৌ ভমকুমরি তিনবা নিংথৌ সনা মাঙদা মানা কৈদা হেনগনি এনা কৈদা রাংকনি তাম্বিহুনা। শাগদোরিবা জগোয়নিদো ইমোম। ঙসিদি ইপাগা মাঙদা জগোয় শারো লাউ, ইপা য়েংগে। ( তোম্বু থোইনু ইকায়হুনা ইব্রবা )

লাকপা— ইমোম করিগী ইকায় চারনরি। অশোয় কোঙ্গায় ইমানা তাকনি। ইরানরুংদা চঙহুনা চারে ফিজোন হোংলুরো। ( তোম্বু থোইনু ইমুংদা চঙখিহুনা মফি মরোল শেংলগা জগোয় শাবা থোরকই )

লাকপা— ইমোম জগোয় শারো, ইপা হোই লাউগে।

( তোম্বু থোইগুম্ জনিবা ঈশৈ শক্লা শক্লা জগোয় শাই )

তোম্বু— চিংঙু খাজীং কে'রেল্লাই
খোয়ুম লাইও নোংদম্বা
নিঙোল লাইবক চাউবীনা
চিংঙু লাইমাঙ অসিদা
জগোয় খুংথেক বচ্চবা
তয়োল অরান ঙাকপিয়ু।
নিঙোল ওইবী ঐখোয়না
চিংঙু খুয়াদা নিজবা
খোয়ুম নঙনা বুবিয়ু
শিঙেল লৈচল লাংতুনা
হৈরাং হৈচল হেক্তুনা
চিংঙু খুয়াদা কংচগে
পলেম পম্বৌ অনিগী
পুন্সি তোলোই তুংশাংবা
নোংদম্বা নঙনা তম্বিয়ু।
( খুরুম্লগা জগোই শাই )

লাকপা— হোই হোই শাগংসি, শায়া শাগংসি। চিংঙু কোলোয় অহেনবা খোয়ুম মঙাল নাইববু শৈশক্লা ইপানা হোইবু লাউরগা শায়া শাগংসি। খোঙগা খুংকা চান্নসি, মিংলৈ নারৈ মাংসি, শায়া শাগংসি।

# মরিংশুবা উৎপা

**লম্বা** **মতম — নুংথিল**

( কদেং থাংজহনবা কদাং শেনুংবা রারী শাজনা লাকই )

কদেং — পাথৌ ইবুঙো ! নিঙোলগী পায়মা নুংগী রাখলদু নুংগাই লাইজ ঈচেলগুম ঈচেল ফাংলমগদ্রা খল্লুবদা হাখল লম্মুক্রকলে

কদাং পাথৌ কদেং অথৌবা ! মাংলমচংতা কদাং এনা চিঙ্গোয়নখিবা য়ারাদু অরেপ্পা ওইরে। নুরাগী চেংলৌ শক্তমদি উরু, নুংশি মপাউদি তারু, পায়মা নুংগী অরেপ্পা য়ারাদি ফংদ, উনবি পুক্লিং লাংতক্লবনা পাখং পোখাফম খঙলরোই। অচৌবা লাইজ - ঈরেল ঈপাক্তা মালং নুংশিংনা পুবা হিরেনগুম নুংশি মাগী ঈপাক্তা পাখং উনবি হিরেনবু হিমা চুম্বা ঙমদ্রবরা ?

কদাং— পাথৌ ইবুঙো নুংশিবা। চিঙ্গোয়নবির্মিবা য়ারাদু অরেপ্পনি। নুরা মাগী নুংশি রাখলনা উইরবা থৌরি ওই পাখং উনবি হিরেনবু তংতনা হিরি চিংলকলে, পাখং পাঙ্গল থোক্তরে।

কদাং— ঙুংশি মাগী রাখলনা পায়মা খাম্বী মৈ.াইনবদি ঙুংশি মাগী ঈংলবা য়াব্রা মপাউতনা নোংমদোল লাইজ লিক্লাগুম ঙুংশি খাম্বী মৈমুংকদবনিনে পাথৌ। পাখংগী প্রায়মা ঙুংদা খাম্বী মৈথু থোক্তনা ঙুংশি খাম্বী ওম-চাক্লবনদি কায়রোই। ঙুরা মাগা ময়োক্লা চেক্লা চাগুম চিনদিয়া পোম্বী চাগুম্ব চিল্লোক্লা নিঙোলগী অরেপ্পা য়াব্রা মপাউ তাবনা পাখং নথোদাং ওইবিয়ু। নতেং পাংবা য়াবা ব্রাংলেন্দা পাথৌ নতেং পাংজগে।

কদেং— পাথৌ য়াব্রা তাবদা কাদং পায়মা পেনজবে। ঙুরা মাগী মগাইদা খোঙশান্দুনা ঙুরা মাগা মায়োক্লনা ঙুংশি রাশক তেমশিনরুগে থিলৌ নীবা ঙুনবা।

কদাং— মানি পাথৌ ইবুঙো! নৌনা হল্লকপা উব্রিনা অনকপা পামেলদা কায়দোংফম ওইবগুম ঙুরা নাক্তা নক্লবতদা পাখং নকা নক্লকনি। অদুদি পাথৌসু ঙুরা মগাই তঙ্গা খোঙকাপ নাওৱৈ থাংবিরো। ঐদি লমলেন সিদা লৈহৌরগে।

কদেং — লৈহৌবিরো পাথৌ। ( অতোপ অতোম্মা মায়কৈদা চংনখি )

---

# মঙাশুবা উৎপা

শ্রী . পালগী লৈকোল মতম — নুমৎদাং হাইরম

( তোমুনা তশাংপা লৈ অমা হেক্লগা নুংঙাইবা রাখন্দা ঈশৈ শকই )

পাম্মু কোলোয় তুংশিবা
নুংশি য়াগ্রা নুংঙোনবা
তুজা থম্মোয় তুখিবা
থংলেন করম খাঙগনি।
মাঞ্জ নঙবু পাম্মুবা
পায়মা মুংগী লোয়ুম্বা
তুংশি নঙবু মাঙদ থা
পাম্মু নতুং ইনজগেকো।

( কদেং লোম্না ঈশৈ তাই। ঈশৈ লোয়ৰগা চংশিল্লকতুনা মায়োক্লবদা তোমু ইকায়বা উংলি )

কদেং— চিনবাম্মোংগী য়াৰাদি পাম্থং পূক্লিং তাজেদো।
পায়মা মুংগী রাখলদি চিংঙু মানা খঙলিনি।

তোমু— চিনবাম্মোংগী য়াৱাবুদি পায়মা মুংগী রাখলনা হেনজেদো। চাকলিবা খাম্বী মৈবুঃ চরৈ ফিনা কুপ্পুনা থম্বা য়াবরা?

কদেং— নমু তাইবং খোঙচংপু তাইবং কনানা খঙগনি। রানি খঙনা মুংশিরুবা মুংশিরুবনা পামমুবা। তাবু মুংদা থম্বা শেংলোইদবা চরৈন-শেং, শেংকদবা চরৈনদি থুপচামহুনা থম্নগুম মুংশি পায়মা হাখলদি থুপচামহুনা থম্বিগমুকো।

তোম্ব— লমলেন তোরবুং লমজাউদা থাম্বী মৈ চাকপদি থাম্বী মৈরি উদ্রবস্থ শেম্বি তাঙ্গোইনা তোরনং থাম্বী মহৈরে মথংঙি। নিঙোল পায়মা হুংদা চাকপা মুংশি থাম্বী মৈচাক্তি থংলেন কনানা খঙবিগদগে?

কদেং— খোংনা নোবা লৈয়ে নি মতাংগুম মুরা চিঙ্গায়-নবিগনুদা।

তোম্ব— তাংজা লিনতনা মরৈ অনি লোংবনি, চৌংগী লাইজ ঈচেলতনবু ঈচেল ফাওনা চেনবনি।

কদোং— কোরৌ নোংখোং কল্লগা মালেম শনা চুগনি কররা লেম্পা ওমগনি।

তোম্ব— কোরৌ নোংমদোল থক্তা খোংলিবা নোংনা মালেম লৈদা তালগা কল্লি কন্দে খঙবিদবা লৈরেদনা।

কদোং— কোরৌ নোংমদোল থক্তগী তারকপা নোংনা মালেম শম্না খিকলক্লবদা লেমলৈ ঈনৌ পাম্বা ঙানা লাইজ ঈকারকপা লমলেন লামুং ওম্বা শাইদা লেমলৈ থরাই থারমহুনা থরাই পনখোং খাদা লিংসি লিংঙমদা

কদেং খরাই পনবাল লাগ্না চোংসি চোংঙমদ লেমলে ঙানা চোংবগুম মুংশি পম্বূংফম য়েংদ্রিংঙে কাম্বনা মৈশা লাংহুনা কেগে ৱাথোকপু ওইরগদ্রা ?

তোম্বু -- ভুংলমচংকী য়াগাদি চিংঙূনা করি তম্বিরগবা ? নুরাগী পায়মা হুংদা ৱাংলেন খুদিংগী খনজবদি চিংঙূ লাইথোং খুদিংদা হৈৱাং লৈরাং কংমিম্না লৈপুল খয়োম শেম্নবা চিংঙূ খুয়াদা নিজবা হুৱা শিন্থা ওইজগে।

কদেং – লৈপুল খয়োম শেম্নবা লৈরাং লৈচল থিবহু পাখং শিন্থা ওইজগে। ( লুমহুনা তারম্বা থোইন্নু থোরক্লগা খুলং শৈশক্তা ঈশৈ শরুকই )

হৈয়েল লৌদা লাংথাকপা
মরিংগী লৌদা লাংকাইবা
নিঙোলনা থাকপা লাংদা
হা থংলেন থুরুরবোইদো লোয়ুম্বা।

( কদেং তোম্বু অনিনা ইকায়নহুনা য়েংনৈ। তোম্বুনা থোইন্নুবু খামগে হোৎনৈ, খাম্বা ঙমদে। )

---

# তরুকশুবা উৎপা

লম্বা মতম — অয়ুক

( অঙম অথৌ ময়াম কংলা কাবা চংলি। তোলোম-
খোম্বা ওকস্নুলাকপা অনিস্নু দারী শাড়ুনা চংলি )

তোলোমখোম্বা - য়াম্বা অঙম্বা। কেগে মোইরাং লৈবাকসে অগা
তুরৈ চল্লকপা চহী বুমজা অঙম শুরক্লে।

ওকস্নুলাকপা মানি শানৌ তোলোমখোম্বা। কেগে মোইরাং
লৈবাকসি লায়র অনং পানবা বাগদৌরে। চহী
বুমজা অঙম চুপ্পা বুমথি বুমগংবনা খাংল লবুকতা
কৌনানা নাঙ্গৈতম লোইমোম কৌ চরোং চুমখিদ্রে।
লোক্তাক শোইমিং মপালস্নু লেমলৈ ঙাশক উখিদ্রে।
পুখ্রি খোংবান তু-খোং পুহা মালেম লক্রক চংলকলে।

তোলোম—কেগে মোইরাং লৈবাক্তা অগা তুরৈ চনবা অনং
ঈরৈ লাংবসি কোক্লবা ঙরাং কোরৌ নোংলেন্দগী
চিংঙু থাংজীং খুয়াদা হুয়াং লৈরাং কংতুনা চকপা
শলাং মাইবী খোমলেন, মঙজং তানবীনা শরিক
চোমজাউ থাগোন্না চিংঙু মপাউ হংজবা ঙসি কোরৌ
নোংদি কংলা লোইশঙদা চিংঙু লাইপাউ পুরক্লগনি।

ওকস্নু - চিংঙু লাইপাউ তারগা খোয়ুম শিম্থা ইম্নসি কেগে
লৈবাক্তা লেপনগ্রবনি। কেগে লৈচাউনবা মোইরাং
ঙাহোং চাকহোংনবগীদমক্তা চিংঙু শিম্থা কায়ফরোই।

তোলোম— মানি য়াম্বা অঙম্বা ! কেগে লৈবাকী অঙম অথৌ ফম্লাইবা ঐখোয় পূ:মক্লা চিংঙ্ শিম্বাব লুবেন কোক্না খোংগদবনি ।

ওকম্ব— অঙম্বশিংম্ব কংলা থৌগানগ্রে কোরৌম্ব ব্রাংলকলে, খোংহাই থুনা কংলা পাংলসি ।

তো'লো  ফগনি য়াম্বা, খোঙদোইরসি ।  ( চ-মিন্নখি )

---

# তরেৎশুবা উৎপা

**কংলা**  **মতম — ?ৎথিল**

( লোইশঙ মচাশি‌ংনা থৌগল ত্তৌরগা নিংথৌ তাংবন্দা ফম্মী । নো‌ংথোনবা তোলোমখোম্বা ওকম্বলাকপা কদাং শেলুংবা অঙম্বা, ময়ামম্ব মাগী মাগী ফমফমদা ফম-হুনা লৈ )

নিংথৌ— কেগে ভথৌবা মোইরাং ফম্লাইবা পুম্নমকম্ব হিল্লে । ঙসি নৌংগী কংলা ব্রায়েনদি চিংঙ্ লাইপাউ তাবনা হানবা তারেদো অঙম্বশা !

ওকম্বলাকপা—ইনিংথৌ ! ( মতমসিদা কদেং থাংজহনবা চঙলক্লুনা নিংথৌ খুরুম্মী )

কদেং— ঐবু লোইবা লৈমাবা ননাইবু লোইম্বা ইনিংথৌ ভাভোই লৈবাক মপুরেল ! চিংঙ্ থাংজীং কোম্বরেললাই খোয়ুম

কদেং— লাইনিংথৌ শিদবা চিংঙু লাইপাউবু অমাইহঞ্জবনা সনা নাক্তা পুরক্লগনি ইনিংথৌ !

নিংথৌ— ইদাইরেম নফম লাংদা ফম্মু। ( কদেং মফমদা ফম্মী ) ঙরাং কোরৌ নোংদগী লৈবাকী অমাইবীনা খাবীশিংদা চল অমাই লায়ুম য়াতানা চিংঙু লাইপাউ হংজবা অমাইহঞ্জবনা খোয়ুম লাইপাউ পুরক্লগনি। কেগে অথৌবা মোইরাং অঙম্বা নখোয় পুন্নমক্লা চিংঙু মানা পীবিরকপা শিন্থাবু শমু মায়ওন্নগে পায়মা ন্নুংদা খন্নোইদবনি।

কদেং— লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! নদাইরেম কদেংনা চরৈ ঙক্তা য়েং খুকউ লৈদা তান্নুনা চিংঙু লাইপাউবু ঙাইজরি। লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা কেগে লৈ-চাউনবা মোইরাং ঙাহোং চাবহোংনবগীদমক কদেং য়াইবী পান্মুদনা ইনিংথৌগী সনা য়াথংবু চরৈ ফিগাও শানা য়াজগে।

নিংথৌ— ইদাইরেম অথৌবা, য়াৱা নপাউ তাবদি পায়মা খৈনা পেল্লে অঙম্বা। নখোয় খ্বায় নপাল্লাং চোথে চীংশাং চীংৱাংমা লাইনা লোই চনবনি। লৈবাকী মকোক ওইরিবা অঙম্বশিংনা লৈবাকী অৱা অনা উদ্রবদা লায়ৱ অনং মশক খঙলক্লবদা চৈরাক ৱায়েল কায়-ৱকইদো। লৈবাকী অফ-ফত্ত পুন্নমক অঙম্বশিংগী শমু নখুবাক্তা লৈরিবনি।

কদাং — লিক্লাই ঙাঙোই ইনিথৌ। কেগে মোইরাং লৈবাক্কী ফংাইবা ইখোয়্ন পু মক্কা ইনিংথৌগী শিহাবু লুরেন কোক্তা থোংজগনি ইনিথৌ।

( মতমসিদা অমাইহঙ্গবা চঙ্লকই, ময়াম হৌগংলি )

অমাইহঙ্গবা— বেগে ঙাঙোই পুরিংলাই। নদাইরেম অমাই-হঙ্গবনা চিঙু লাইপাউ লুরেন কোক্তা থোংনা পুজরকলিয়ে ইনিংথৌ।

নিংথৌ— চিংঙু মাগী মপাউখোল ইংখৌ থাংজীংগী ময়াথং কোরৌ নোংদা কাযদে, মালেম লৈদস্নু তাফদে, নিংথৌ এনা চরৈ ঙক্তা য়েং খুকউ লৈদা তা চরৈ ফিগাউ শানা খোযুম মপাউ ঙাইজরি। ( নিথৌ খুরু খুদক কুম্বনা লৈ )

অমাইহঙ্গবা চিংঙু থাংজী, কোরেল্ল'ই মোইরাং লাংবুম অরিবা পালোই তাবা লাইনিংথৌ শিদবা নংখৌগী চিংঙু লাইপাউদি শারম চামা ঙারম চামা, হৈশক চামা লৈশক চামা চামা চামনা খুজিং ওইনা কংলবদি কেগে লৈচাউ খুনজাউহনগে মোইরাং ঙাহোং চাক-হোংহনগে লেবাক মরা তপহনগে নিংথৌ পুন্সি নুংশাং-হনগে। ঙসি কোরৌ নোংদগী লৌইদাম লান্দনা চিংঙু শিম্বা পাংথোকচৌ খোয়ুম মানা বুবিরকলে ইনিংথৌ। ( নিংথৌগী মমাঙদা থারিবা ফি অঙৌবগী মথক্তা অমাইবনা পুরকপা লৈ অহু থম্মী, ময়াম খুকম্মী।

( অমাইহঙবা থোকখি, মন্নাম মফম মফমদা ফন্নখি। নিংথৌ তাংবন্দা ফম্লগা মরু লুক্কুনা লৈখি )

কদেং— লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! তাংজ মান্নরুক্লা চিনবান খেগুম লাংশিনবিবব্ ...... ....

নিংথৌ— ইয়ুম কেগে মোইরাং লৈবাক্কী অহা ভুরৈ চনববু কোক্লবা শান্নম চামা ঙারম চামা থিগদবা শিন্থাবু কেগে অঙগা মোইরাং অথোবা কনাগী মফমদা পীগদগে থল্লুবদা পান্নমা লংলা লংজিন পূনখ্রে।

কদেং— ঐবু লোইবা লৈমাবা ননাইবু লোইবা ইনিংথৌ ম্লোল্লবদা কনবিয়ু লাল্লবদা ঙাকপিয়ু। নদাইরেম কদেংনা ইতিক ইপা চান্ন থন্দুনা লিক্লাই সনা মাঙদা চোং-থোকচবা নংচদে। কেগে লৈবাক্কী অহা ভুরৈ ইরৈ চনদনবা মোইরাং ঙাহোং চাকহোংনবা চিংঙু থাংজীংগী শরেল চন্নবা ম্লাওরৌ শান্নম চামা থিবা অসিতদি পাংদ্রবা নদাইরেম কদেং ঐগী ইথৌদাং ওইজরগে, লিক্লাই ম্লাথং পীনবিয়ু। চিংঙু থাংজীং থাগো। মোইরাং ঐখোয়গী উন্নুংলেন লমলেন তোরবুং লম-জাউদগী ম্লাওরৌ শান্নম চামা ফান্নগা চিংঙু খুন্নাদা ম্লাওরৌ শাচারোক কংচগে উনবি পূক্লিং লেপচরে। চিংঙু থাংজীং পলেপনা শরি পন্দোল লোমজরি। ম্লাওরৌ শান্নম চামা শুগা চিংঙু খুন্নাদা কংপা ঙমদ্রবদি

কদেং · অরাংপা য়াওরো শাহুৎ শিন্দুনা কদেং য়াইবী থাজগে শারিসো চিংঙু থাংজীংনা পলেপনবিসনু।

নিংথৌ - নুংঙাইদা অঙগা য়ারা নপাউ তাবদি। কোরো মৈশা লাংলবা লৈরাংনা নোংমদোল লাইজ ফংবদা শিঙেল লৈনা তেকখৎপগুম উনবি পুক্লিং থৌগৎলে। ঐমক্তনা সনা ঈ অশেঙবা ওইরবদি শমু নমায় পাকচরো, নিংথৌ ঐনা শিন্থা পীরবনি। ঐগী নমথাংদা ইল্লিবা শেম্বি কত্রং মুগানা শাবা নিংথৌফি অসি ফংজবগা লোয়নবা ঙসিদগী শারুংহনবা ফমথোল কাজরো তথোবা। ( নিংথৌনা মনঙন্দা ইল্লিবা ফিহু লৌথোক্লগা কদেংদা কুপ্লি, কদেং খুরু খুদক কুন্দুনা য়াই )

ঙকম্লাকপা ইনিংথৌনা চানবিরে চিংঙু থাংজীংনসু কুবিরসনু পারি।

কদাং - ইনিংথৌ ইবুঙো! পাথৌ শারুংহনবনা য়াওরো শারম চামা শাফাবা থৌদাং নিত্রে। খু চিংঙু থাংজীং খুয়াদা কংনবা লমলেন লোক্তাক ঈশা মাপল পাংনৈত্নুনা চিংঙু ঙারম চামা ফাবা নদাইরেমগী ইশরুক ওইজরগে। নদাইরেংা চৈর ঙক্তা য়েং খুকউ লৈদা তানা লিক্লাই য়াথং ঙায়জরি। ( মকোক নোনজে )

নিংথৌ— নুংঙাইদা ইদাইরেম কদাং শেলুংবা। নথোয়গুম্বা ফম্লাইবনা নিংথৌ ঐগী নাক্তা লৈরিঙৈদা হাওকপ চীংশাং কনানা খেন্দ্রে চাইরেন কনানা কেগে মোইরাং .

নিংথৌ— লৈবাকপু লাকচা খুদুম চল্লংনি। অঙম্বা নখোয়গী নপাল্লাং নিংথৌ ঐনা পানবনি। লেমলে ঙারম চামা ফংবা শিঙ্খা অথৌবা নখুত্তা শিন্নরবনি।

কদাং— চৈন্নে ফিগাউ শানা লিক্লাই শিঙ্খা লোজবে ইনিংথৌ।

নিংথৌ— মত্তিক মাপা চাদে পায়মা নুংদা ঙারেংগদ্রা। নিংথৌ ঐনা কংলা অবা অবুমদা লত্তেং লিকথাং ঙইরিবা লিক্লাং পরেং অসিগা লোয়ননা ঙাবংহনবা ফমথোলস্তু ফংজরো অথৌবা। ( কদাং শেলুংবা নিংথৌ খুবম্মী )

নিংথৌ— হৌজিক্তি অথৌবা অনিমক! নরানম্বাইদা কুমহুনা অল্লা পোথাজররো। হয়েং কোরৌ নোঙ্গাশোই লোয়া তমলোন অঙনবদগী নঙগী নঙগী শিঙ্খা পাংথোকউকো ( কদেং কদাং অনি নিংথৌ খুদম্লগা থোকখি ) কেগে ফম্নাইবা পুম্নমক! ঙসি কোরৌ নোংদি কংলা ৱায়েল চংথরগদুসি অসিগাইদা লোইশিল্লসি। ( অঙম্বশিংনা ইনিংথৌ হায়না খুরুম্মী )

---

## নিপালশুবা উংপা

**লম্মী মতম — নুমি দাং ৱাইরম**

( কদেং কদাং ৱারী শাহুনা লাকই )

কদাং— পাথৌ ইবুঙো! হয়েং কোরৌ নোঙ্গাশোই লোয়া তমলোন অঙনবদা তরা চাকঙল চারগা পাথৌদি

কদাং— লমলেন তোরবুং লমজাউদা চিংঙু শারম থিবা খোঙ শাল্লগনি। ঙস্তি কোক্লৌ নোংসিদা নশানৌ নাক্তা খোঙদোইহল নুংশি য়া। পুকমেন পাওমেগ্নবনা চুমগনে পাথৌ।

কদেং - মতুনা চুমগ। খন জদো পাথৌ ইবুঙো! পাখং ইরান য়োরবদি চ.র ফিজো। হোংলিংঙ কোরৌ শি.খোং রায়খিনি। চুরা নাক্তা খোঙদোইহল চিংঙু শারম শাখিবগী য়া। ইপাউ তমলুরগে।

কদাং হয়ে কোরৌ নোঙ্গাশোই পাথৌ উনগনি উনরোই খঙদোদো। ঙসি কোরৌ নোংসিদা পাথৌ নফমদা য়ারা খরদং চিঙ্গোয়নজবমগে।

কদেং - চি না পার লৈতনা চিঙ্গোয়বিসি পাথৌ ইবুঙো।

কদাং — লোক্তাক ঈশা মাপল পাংনৈনতুনা লেমলৈ ভারম চামা ফাবা হাল্লবদি লমলেন তোরবুং লমজাউদা চিংঙ শারম ফাবদা পাথৌ নতেং পাংজরগে।

কদেং— পাথৌ ইবুঙো, য়ারা নপাউ তাবদা পায়মা খৈনা পেল্লে চান্নবা। চিংঙু শারম শুনা ফাবা হাল্লবসু পাথৌ নতেং পাংনবা লমলেন লোক্তাক পাংজরক্কে।

কদাং— অতুদি পাথৌ লৈবিহোরো, খোঙ হাই খজিক হাল্লমগে।

কদেং— ফগনি পাথৌ: খোঙদোইবিরসি। (মখোয় অনি কোক্সরগা চংলখি)

# মাপলগুবা উৎপা

পুঞ্জী মপাল মতম — নুং'ম দাংবাইরম

( তোম্বু ৱাখল তৌনা লৈ নাচোম শেম্মী; মরক মরক্তা লাকপরা য়েংই। খোইন্দু লো ১ খোরক্লগা অরাপ্পদা লাকপরা য়েংলগা লাকপা উদ্রবদা মথ ায় ৱাবা শাশিন্নহুনা তোম্বুগী নাক্তা চঙশিল্লম্মী )

খোইন্দু— লেরাং নাইতোম শাৎচবী শিঙেল লেশক হেল্লবী নুংশি লৈনম চেল্লবী লৈরাংসে খে'য়ুম নঙগী নোংদমখোলনা খাংচু থক্তা শিঙেল লৈ ওলহনে ৱাবিদা ঐদি শরিসো।

তোম্বু— চীংগী খুম্বু খোংজোম্বী, ধুমগী হঙোই মিংকুপী! নঙনা য়া ১ চিঙ্গোয়নবা শাববু

খোইন্দু — ( হা থংতুনা ) হাইগা ঙকচরেদা, পায়মা খল ফংমনখিদ্রে। পায়মা নুংদা মওল মওল খনজহনা চিঙ্গোয়নজবনে।

তোম্বু — পায়মা য়াৱা করি লংহনা চিঙ্গোয়নরিবনো? পায়মা লিন্দাংশাংবী নহাকপু।

খোইন্দু - তাইবং মালংপান অসে য়েংবা হয়বদি পায়মা নুংওললে। পঙ্খৌ ইংখোন্দা ংংজবী শিঙেল লৈরাং খিবিক্তা খোইমু মাবু ঙাইজদো। পাৎম্লাই কাদা শাংলবী মথংলৈন কোলোয় তমজবী শিঙেল থরিবথা

থোইনু— লৈরাংম্বু থাজ মিৱেল ঙাইজেদো। নমু তাইবং কনানা অপাম মাগীদমক্তা উনবি পুক্লিং খোয়রাংদবা য়াওবগে? নিঙোল নত্তৌ উবদা উনরি পুক্লিং খোয়রাংনা ইদোম চিঙ্গোয়নজবনে?

তোম্বু— য়েংউনেসে চিম্বিবীসে। মাগং ঈচিক থেম খঙ্গোল হকচিক লাংজরগা অপাম কনাগী রাখলদা পায়মা লুংওনগ্রবগেনে?

থোইনু— হাইমা কিজরেদা শরিসো। ঐনা অপাম কনাবু ঙাইবনি চিঙ্গোয়নগ্রবগে? পায়মা লুংদা চুংশি য়ারা থুপচায়বদি নিঙোল নদোম লংলা লংজিল চিংথোকচরে।

তোম্বু— মচিন চিনবাল্লাং অসে নোইনি কবোক পোকপন্থ মঙাইরে। ঐনা কনাগীদমক্তা পায়মা য়ানা হুপ-চায়গ্রবগে?

থোইনু— উদ-শিন্না মিংলাউবী চাদ-শিনা চখোমচাউ পাউরৌনবা য়ানা নে ইবেম্মা!

তোম্বু— হাইমা ঙবচরেদকো শরিসো ঐদি। মালং ঈচিক থেম্বনি চিঙ্গোয়নববু মীনম্বা য়াংরা?

থোইনু— মালং ঈচিক থেম্বনা নিঙোল পায়মা চুংগী অংা মৈচাক কোকলোইয়ে। পামু চেংলৌ থাজনা চুংশি মিরেল তারবত্তদা নিঙোল পায়মা ঙানগনি, অংা মৈচাক কোকনি।

তোম্বু— হাইমা করিনোনে পায়মা পিরক ফগৎবীশিবো।
( য়ে থোবউবদা অরাঙ্বদা কদেং লাকপা উবদা )

খোইনু— তব্না চাকঙুল চাবগা কেগে কলা খোগাখিবা কোরো নারল রায়রবলে। নোংমদোল থাজনা কোরো থক্তা ঙানবগুম থিলো নিংঙবা থাজসু থে রকনিয়ে।

তোম্বু - খোইনু। নঙনা চিংোয়নবসু চিংোয়নবনি। পালেম পক্ষো অনিগী ংংশি রাখল ঈরেদা তাউরিংঙ অদা ঈথক উরমদে। পাম্মু মাগী হুংশি রাখল ঈরেদা নিঙোল ইদোম তাউজবসু ঙমদ পাম্মু চংজো মাপা হুংঙমদ নুংশি লাইজ ঈরাক্কহুনা তোক্লগদ্রা খঙদ্রেদা খোইনু। ( কদেং চঙলক্লগা লুমহুনা তাই )

খোইনু— নিঙোল কবিগী পায়মা খোয়রাংবগে? শমু পাঙল শোনবী নুজানা নুংশি ঈপাক তমজবা পাম্মু চাংজো মাপা থুংদনা ঈরাক্কহনগে খনগদবা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা তমব কনা লরমগদগে?

কদেং— ( খোরক্কুনা ) অচুম্বা য়ারানি খোইনু। ( তোম্বু-ইকায়হুনা মক লুবথে ) তমব ওইনা পোক্লগা শমু পাঙল শোনবী নুজাবু নুংশি লাইজ ঈরাক্কহনগদবা কেগে নিংথৌ মদাইরেম কদেং থাংজহনবা লৈরিঙৈদা কনাগীসু মতিক ওইদে।

খোইনু— অচুম্বা য়ারানি অঙম্বা! কেগে নিংথৌ মদাইরেম অঙম্বনা লৈবিরিঙৈ নুংশি ঈরাক্কহুনবা ঙম্মোইদো।

থোইং — অঙম্বা মহাক্না হুংশি ঈরাক্লহনগে থল্লবদি কেগে কনানদি কনবিনি। (তোম্বু থোইনু অনি লোন্না ইশিং তৌনবা নু ঙাংনে)

কদেং (ঙক্লুনা) হুংশি লাইজ ঈরাক্লহন দৌরিবা অঙম্বুনু কনানোনে থো শু।

থোইনু অঙম্বা কোলোয় তাক্কদবদি থোইনু ঐ নত্তেয়ে।

কদেং — (ঙক্না) অদুদি কনানো ?

(তোম্বুনা নোকমি নোকমি তৌরগা থোইনুদা হা - দোক্কনু লো। ইশিং তৌই। থোইনুনা কদে দা অমুক খেং তোম্বুদা অমুক য়েংম্লগা "তু" হায়না তোম্বুদা খুদোম্বী থিল্লম্লগা চেনখি। তোম্বু ইকায়হুনা চংকে তৌবদা কদেংনা থংলি)

কদেং অঙম্বা কোলোয় তাকপা নাংলেন ওইদ্রিববনে শানৌ ?

তোম্বু — অঙম্বা পায়মা থুপচান্না নিঙোল য়াব্রা লোনজাননা চিংোয়নবিবু নিঙোলবু পায়মা হুংদা থাজবিদবরা ? পাখং পায়মা নুংদা য়াংদৌ লমফাবগুম নিঙোলস্থু ফাংলমগনি খনবিবরনে হুংশিবা। লাইবকচাউবী ননাউবু হুংশি লাইজ ঈরাক্লহনগদবা কেগে মোইরাং লৈবাক্না পাম্বু নহাক নত্তনা অঙম্বা বনা লৈবগে ?

কদেং — ইশানৌ ইনেম্মচা হুংশিবী ! করি পায়মা ব্রাখলনো নিঙোল পিবুক হুংদা পাখং ঐবু থাজবিদবরা ?

তোন্নু- পাম্মু য়াব্বা তাবদি নিংতোল পায়মা খেয়দাজ। মুংশি শাজং উরগা মুয়া থমুং মুংবা ডি।

কদেং — নৈকায় ইথিন তাবনা উনবি পুক্লিং ওনবরা? কেগে ফৌম্মুখোল তারগা নুরাগী শমু খুবাক কুরোনবু হুববা?

তোন্নু— মাঞ্জ নঙবু লোয়ুম্না মুংশি নঙবু কাউরবরা? ফাইরেন থাগী থানিন্দা কুমাবগী মরনয়াই মুংশি শরি প.।ন লোম চিংঙু লাইথো' খুদিংদা হয়াং লরাং কংমিনা নৈপুল খয়োম শেংবা চিঙু খুয়াদা নিজবা থংলেন কাউগে খন্দুনা পাংং খোঙ্গল তপ্পরা?

কদেং— শানৌ করি য়াংনোদা। ঙসি কোরৌ নোংদা পাখং খোঙল তপ্পদি চিংঙু লাইপাউ কোক্কা থো,, মপু য়াথং লমদা পো লবাক শিন্থা হুই টো পায়মা থংদা খনজরে। শানৌ নঙী নথমদা করম্না য়েংইাম পাউদম্নরসিগে।

তোন্নু - পাম্মু য়ারা তাবদা নিঙোল পায়মা তয়াং তশোইরে, উনবি পুক্লিং লাতবরে। নিঙোল পায়মা খাগী মৈহৌবা করম্না য়ারা পউদমবিগদোরিবনো?

কদেং নিংথৌ পলনা ব্রাংবনা নৈবাক ব্রানা লুবনা কোরৌ শিংবুম খরদং লমলেন তোরবুং লমজাউদা চিংঙু শারম চামবু ব্রাইরা শাথিক্লনবা হয়েং কোরৌ নোঙ্গা-শোই লোইয়া তমলোন অঙনবদা পাখং খোঙদোই হুনগদৌরি।

তো.— পাম্মু য়া.া তাবদি নিঙোল পায়মা অৱা খুৱৌ চেদিদা।

বদেং কৱিগী পায়মা খুৱৌ চেনবগে চিংঙু লাইনীং চেংলমু। চিংঙু থাংজীংনা দুবিদুনা য়াওৱৌ শাৱম চামবু ফাৱগা ইয়ুম কেগে লবাক্কা াইৱা তম্না হল্লক্লে শানৌ ঙাৱমগন্নুকো।

তোম্বু নিংথৌ য়াথনা কনখিবনা লৈবাক ৱানা লুখিবনা নিঙোলগী থিংজবা ইতিক ওইদে। পাম্মু নঙগী-দমক্তা চিংঙু থাজী লাই। চেংনা থাগোম্নজৱমগে। য়াওৱৌ শাৱম চামবু খোঙলৌ পল্লৌ লৈতনা শাফা থাঙম তগা চিংঙু মানা দুবিসনু। চিংঙু শাৱম শুংগা ননাওগী য়াওৱৌ শজি অমতংদি তম্বিৱকউ। পাম্মু নঙনা তম্বিৱকপা দুংশি মেলোন খুদোল য়াওৱৌ শজি মাবু নিঙোল নাপা ইয়ো, শঙদা পুংগা মাঞ্জ চেংলৌ য়েংবগুম শজি মাবু য়েংজগে।

বদেং - নিঙোল য়াঙা দুংই। পোংতপ য়াওৱৌ শজি কাউ-জৱোই। নিঙোল পায়মা খোয়দাবা য়াওৱৌ শজি ফাবা চিংঙু মানা দুবিসনু।

তোম্বু— ঙসি কোৱৌ নোংদা দুংশি নঙগী নাপ্পদা খোয়নৌ ইতা শক্লবী শিঙেল লৈৱাং নাচোম্বু থেংচগেকো ননাওনা। নুজা ওইবী মপোক্পা পাম্মু খোঙলোই

তোন্নু চান্দ্রবম্নু শিঙেল নাচোম তসিনা তুজা ইন্থ-শি। পাম্মু নতুং ইনজগেবো। মাঙ্গ নহাক্লা শিঙেল নাচোম উরগা ননাও য়াওরি খনবিয়ু। শিঙেল লৈচু ওনবা লৈরাং লৈমল চনবা চিংঙু থাংজীংনা হবিসনু। করিগুম্বা শিঙেল লচু ওনবা লেরাং লৈমল চনবদি অদো তুরে চল্লে, অনা ইরৈ লাংলে পাম্মু নঙ্গু কৌজবনি কাউবিগনুকো নুংশিবা। ( তোন্নুনা বদেংগী নাপ্পদা নাচোম থেংলি, মখোয় অনি নুংশিননা য়ে নৈ।

---

# তরাশুবা উৎপা

## লাইজিংলাকপগী — মাঙ্গেল

( লাইজিংলাকপা মাঙ্গোদা হঙ্গং হন্দা চংতুনা রাখল তৌই, লাইজিংলাকপী ইমুংদগী থোরবপা উবদা।

লাকপা— লাইজিংলাকপী। ইমোমগী উনবী পূক্লিং খঙলব্রা? লিক্লাই লিকথাং ওইবা ইমোম্না য়ানিংলব্রা?

লাকপী— নমোমগী য়ারা মপাউ অসিবু ·… ( রা মখা তাদবা )

লাকপা - চিংনা পরেনদনা ইমোমগী মপাউ তম্মু।

লাকপী— লিক্লাই লিকথাং ওইরুরো অওং অউন তম থাজ

লাকপী ইন্নীং তম্মগে চিঙ্গোয়্নকবরু, চিঙ্গোয় য়াবা পাউ-খুমলক্কে। মমা ঐনা তরেম্মা খঙগে ইমোমগী পুন্নিং তকলুবদি য়া । মপাউ খুমদনা হিক্না হিক্না কপতুনা নিঙোল কাদা চঙখি। ইমোম মতৌ উদগা পায়মা খোয়য়াং লিলাংঙি। পম্মৌ এইবা নহাক্না ইমোম মরুক ফাবিয়ু।

ল্যাকপা— লাইজ্রিংলাকপী। ইমোমগী উনবি পুন্নিং খঙলে। ইমোয়া পায়মা খোয়দাদে খঙনা খঙনা ওম্মি ইমোমনি খন্দুনা কর। থাজ ইনীং তম্নসিগে। ইমোম পুক্নিং থুংদনা থাঙ, থক্রা পুন্সি লোমখিবা থোক্লবদি পলেম পম্মৌ ওইবা ঐখোয়না তাইবং মালং পামসিদা করঃ। নমু পুন্সি লেনগনি। লাইজিং লাবপী ইমোম মশানা য়াদ্রবদি মপা ঐনা নমজাননা থাজবা চম্মোই-দৌরি।

ল্যাকপী - উনবি পুক্নিং তয়াং তশোইহিবিগনু। পলেম পম্মৌ ওইবা ঐখোয়না ইমোমগী য়াইফনবা চুংঙাই মরাং কায়নবা থৌশিনবনি। পলেম মমা ঐগী য়ারা থংই-দ্রবস্থ অওপুগী য়ারদি ইল্লকপস্থ য়াই। অমুক্তদি চিঙ্গোয়-নতুনা ময়েংবিয়ু।

ল্যাকপা — মপা ঐগী য়াবা তাবদা হেদোই হেনাউ কাংবদি ওমদ্র ইমোয়া অরা থাম্মী মৈশালাং পামদবনা অপাংশা মুংঙাইতবনা মুংদা ফুম কপ্পা কপ্পা য়াঙোইখিবহু

লাকপা— মপা ঐনা করগ্না য়েংহনা নৈহৌগনি। ইমোম মদোম পো.পীমি থিংলো নীংবা থুংজরসনু চিংঙু নোংদম-খোল য়েংলসি। ইমোমগী অরেপ্পা য়াম্বা মপাউবু লিক্লাই খুয়াদা হুৎলুরগে।

( মতমসিদা ওকস্নুলাকপা তোলোমখোম্বা চঙলকই ) য়াম্বা ওকস্নুলাকপা শানৌ তোলোমখোম্বা খোঙদোই হুনবিরকলিব্রা? ( লাইজিংলাকপীনা ফিদা থাই. মখোয়গী নি ফমই )

ওকস্নু- লাইজিংলাকপা অঙম্বা! নমোম পুক্লিং খঙলব্রা, লিক্লাই লিকথা, ওইবা নমোম য়ারব্রা?

লাকপা— ইমোমগী ঊনবি পুক্লিং হংলুবদি থিংলো নীংবা কায়খ্রে। লিক্লাই লিকথাং ওইনবা ইমোমবু থাজ ইনীং তম্বা ঙম্মোইদৌরিনে অঙম্বা।

তোলোম— করি য়াবানোদা য়াম্বা লাইজি লাকপা অঙম্বা! অঙম্বগী নমোমবু থাজ ননীংতম য়োনজ-নখা তমবদা বেগে কন্নানা থিংলগনি। অদুগীম্মু মথক্তা চিঙু লাইপাউ তুংইন্নাং কেগে লৈরাক লৈচাউনবা নমোমবু লিক্লাই লিকথাং, ওইনবা, কেগে লৈবাক্কা চিঙোয়নবনিনা অঙম্বা। পায়মা রাখল তৌবিয়ু, মপু লিকথাং ওইদবা য়াদে।

লাকপা— শানৌ তোলোমখোম্বা। অমঙা পোকপী ইমোমান পায়মা হুংদা খন্দুনা ইমোমবু থাজ ইনীং তমগ্ররোই

লাকপা— ইমোমগী থিংলৌ নীংবা খুংজরসম্ব শেরি পন্দোল লো খ্রে। কেগে লৈবাক লৈচাউনবা ইমোমবু লিক্লাই লিকথাং ওইদবা য়াদে চিঙ্গোয়নবিগনু অঙম্বা।

তোলোম— য়াম্বা লাইজিংলাকপা! কেগে মোইরাং লৈবাক্কী চন্নু নিঙোল ৱাংতেদো! কেগে লৈমখোল তরেং চেংলৌ হেন্না মীংথিবী শাংলিনা অঙম্বা। চিংঙ্ থাংজীং মপাউখোল লাইজিং পুনসিবা ইমিংথৌগা কোলোয় মিংমা.বা চনু নিঙোলবু থিরগা তালোয় ভুমিল তম্নবদি পারি পোক্কবা পোকমি মমোম শাংতবা শাংকনি খোয়ুম লাইপাউ ভুংইম্না নমোম তোনু লাইজিং লেশীবু লিক্লাই লিকথাং ওইনবা লৈবাক্কী অঙম অথৌনা চিঙোয়নববু নমোম থিংফম খোকপরা।

ওকস্থ— লাইজিংলাকপা অঙম্বা! পায়মা ৱাখল তৌবিয়ু কেগে লৈবাক্কীদমকনি নি থৌ মরম্নাইগী খোক্কেন্না। চহী কুমজা অহুম চুপ্পা কুমথি কুমগাংবনা লৈবাক্কা অৱা অনা নংলকপদ্ব কোক্কবা চিংঙ্ লাইপাউ তারগা খোয়ুম শিন্থা ই সি লেপনখিবা নত্রা? লাইজিংলাকপা নরোনদোমগী খন্দুনা চিংঙ্ শিন্থা কায়বগী কেগে লৈবাক্কা অৱা তুরে চনবদ্ব অঙম্বা নমিং পেন্না য়েংগেরা

লাকপা চুম্মি চিঙ্গোয়নবিরিবা য়াৱাদ্ব। কেগে লৈবাক লৈ-চাউনবা লাইজিংলাকপা ঐগী শরি নামুংবদি পায়মা মুংদা চিংনজদে। লাংবল ছইক্রুগুম তোমশাংনবী

লাকপা— ইমোমা অমা খুরৌচল পামদবনা অপাম শা কপ্পা কপ্পা পুনসি লেনবন্নু মপা ঐনা, বরম্মা য়েংহন্না লৈরসিগে।

তোন্নোম—অঙম্বা, পায়ম্মা রাখল থেলমন্নিনা। লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবগীদমক্তা লাইজিংলাকপা নমোম তোন্নু লাইজিং লেশ্বী নমু মীকোক অনি শরেল চনগনি চিঙ্গোয়নবমক্তি নঙেনা। নমোম লাংলেন্না লিক্লাই লিকথাং ওইবদি পায়মা পেনফম থোকই। নমু তাইবং ঐখোয়মগী হুংঙাই ঙম্‌খ অসিবাই মঙাইনা অঙম্বা।

লাকপা— ইমোমগী উনবি পূক্লিং থুংদনা লিক্লাই লিকথাং ওইগদবগী শরুকপুদি কেগে লৈবাকীদমক্তা লাইজিংলাকপা শারল চনবা তারে চিঙ্গোয়নবিরবদি অঙম্বা নমাথা চিংঙু থাংজীং লাইমাংদা খুরুখুদক যগশা লৈদা কুল, শমু ঙকশম তোংদম তিংবদা লাইজিংলাকপা পায়মা মুংদো চিংনরোইদবনি।

ওকন্নু— নমোম মশুং লাংগীদমক্তা লৈনা ৱায় তাংনা শঃা পানগদবা কেগে ফম্বাল মুংপা য়াম্লোই। অঙম্বা পায়মা রাখল তৌফম থোকইমা।

( তোন্নু লাইজিং লৈশ্বী থোংজিন মরুমদা লোম্না তাই )

লাকপা— লাইজিংলাকপা ঐগীদি চিঙ্গোয়নরিবা য়ারানা অরেপ্পনি। ইমোমগী মরীদদি থৌহু মুংগুগ তেকুলে, শম্বা য়ার-রোহ অঙম্বা।

ওকস্নু - ( শাউনা , করি লাইজিংলাকপা করি । ) কেগে লৈবাক্কী থৌদনা নবোনদোংগী য়েংলগা ইমোমগী মরীদদি থৌং নু গুম তেকলে শম্বা য়াররোই চিঙ্গোয়নবা। চিঙ্গোয়নবা হৌ ন চিঙ্গোয়নবনিনা। লাইজিংলাকপা নঙনা ঙশ্নে নমোম তোন্নু লাইজিং লেম্বীবু লিক্লাই-লিকথাং ওইহনগনু। কেগে লবাক্কা ঙশ্নে লাইজিং-লাকপা নঙা কুরাউ হংলাগ খু তা-চল কস্নুন শঙলেন নুংদা থমগে। নমোম তোন্নু লাইজিং লেম্বীবুনা লিক্লাই লিকথাং ওইহনগে। কেগে লবাক লৈচাউনবা নিংথৌ পুন্সি হুংশাংনবা ওগচিংাকপা ঐগী য়াগ্নাবু ভুংংম্নবা ঙমদ্রবদি কেংগদা ইফম থাদোক্কে মোইরাং লৈবাক্তা লৈগ্রবোই।

লাকপা— অঙম্বা ব্রাহ্ম খুবাম চাউমল্লি। লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা কেগেদা নফম থাদোকপা অঙম্বা নঙগী ননীংনি, য়াইবী থগ্নায় থাবস্নু লাইজিংলাকপা ঐগী ইখানি। মথক্তা য়েংকাপ লোন্দবী মখাদা মনাও ফোইদ্রবী অমত্তা পোকপী ইমোম তোন্নু লাইজিং লেম্বীবু মশানা য়াদনা নমজাননা লিক্লাই লিকথাং ওইহনগনি চিঙোয়নবদি নথৌ থোক্কেনা অঙম্বা।

ওকস্নু— ইথৌ থোক্লবস্নু থোক্লবস্নু কেগে লৈবাক লৈচাউনবা নিংথৌ ফম্বাল মুংতনবা নমোম তোন্নু লাইজিং লেম্বীবু লিক্লাই লিকথাং ওইহনগে শরিসো চিংঙু থাংজীংনা

ওকম্বু— খঙসন্নু। লৈবাক য়ানা থোৎবরা অঙংবা শরিনা উইবরা য়েংনসি।

লাকপা য়াম্বা ওকম্বুলাকপা! ঐনা পোকপা ইমোমবু মপা ঐগী মাঙদা মশাগী য়াদনা নমজাননা লিক্লাই লিকথাং ওইহনগদবা কেগে কনাগী মতিক লৈতে। চিঙ্গোংয়নরিবা য়াওসিনা লাইহৌজিংলাকপা ঐগী অরেপ্পা শরিনি।

ওকম্বু— হৈফে য়েংনসি অঙম্বা (ওকচিল্লাকপা তোলোমখোংবা অঙম্বা অনি শাউনা চংখি।)

---

# ১১ শুবা উৎপা

পুখ্রী মপাল মতম – নুমিৎ

(তোম্বু মশম মনা ইফা কাংনা হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা শথলদা ঙাক্নুনা লৈ। মপুক্লিংদা নীলিবা য়াখলহু ফোংদোকপা)

তোম্বু— কর্রিম্বুংগী কোলোয় লাইহৌজিং লেম্বী থোল্লম্বা। কোলোয় মিংলেন অসিনা কায়না মৈশালাং পাম্বু শেংনা মৈচাক্লা থগ্মোয় রায়না চাকলক্লে। কেগে লৈবাক্লা লুখিবনা পম্বোইবু হাওনা তুংবুল পারেলাক মমোম ঐগী

তোম্বা — ইমা.দা ·ুখিবা থোক্লবদি এরা কয়া মেংহনা লৈ-
চৌগনি। নিংথৌগী য়াথং লাক্লিংঙ য়াংলেনদা লমলেন
তোর্বুং ল.জাউদা য়াইরা শাথিবা খোঙদোইখিবা
পাম্বু মাবু চিংঙ. নঙনা থুবিদ্না ময়া লাক্কা পুবিরক-
উগবা। ( হায়না কপ্পা কপ্পা ঈ.শ শকই )

চিং. থা.জীং কোয়েলাই
খো.ুম নঙগী নেংদমশোলনা
মু শি লংলা পাদংবা
শোইনাই মচেং থাং
শাবি শানৌ অনিবু
য়াংদৌ লম্মথাংদা
কায়না লৈশা লাংহনবিগদৌয়রা ?
কেগে লৈবাক্কী য়াৱানা
অকম্বা লোং.ল হুংশিংঙই
মালং শউ. ফংবদা
চ.বি লাতোন লারাক্লা
হাইনা ভয়া শা.বঙুম
নিঙোল ওইবীনা ঙাব্রিবসে
পাম্বু নঙদি খঙলিরোই।

( থোইনু হুংশাথিনা ফিন্না চে.কই )

থোইনু — কেগে লৈমরোন লুর্চিংবী, থোয়নৌ ইতা শক্লবী,
মোমনু শাইবকচাউবী নঙবু লমদম তাঃা পাম্বু মানা

থোইম্বু— লৈবা লম লমলেন তোরবুং তাগ্না খোঙশাল্লোগবা চান্নবী।

তোম্বু— খোয়নৌ শকপী থোইম্বু। নিঙোলগী অমাবা করি-পাউবু তাবগেনে চান্নবী।

থোইম্বু— পম্ছোবু কৈক্সুম শঙলেন মুদা থল্লগা মোমম্বু লাই-বকচাউবী নহাকপু নিংথৌগী তালোয়শিংদা চনগনি চিন্নোয়নহুনা অঙম অথৌ ময়াম ংলর। রাংলেন থিন্দনা নশাবিনা লৈবা লম লমলেন তোরবুংদা খোঙশাল্লোগবা চান্নবী।

তোম্বু— থোইম্বু! ঐবু পোকপা পম্ছোনা মমেম ঐগী দমন্তা অৱা খুরৌ চনগনি খঙনা খঙনা শাবি মাগী মনাক্সা করম্না খোংকাপ নাওর থাংগনি। পাম্মু নাক্তা য়ৌসি য়ৌঙমদ পম্ছো নাক্তা চঙসি চঙমদ্রে, মাঘৈক কদোম চংলগা নিঙোলগী পোথাকম ওইগদগে রাখল পোনেপ-ফম খঙদ্রে। অৱা চৈচাক হুংদা ফুম কায়না মৈশা লাংহুনা পিরাং পিরোইনবা নত্তনা নিঙোলগী করি থৌনা লৈরিবগে থোইম্বু।

( মখোয় অনি কোন্নহুনা হিক্লা হিক্লা বপমিঃরিঙৈদা লাইজিংলাকপী মমা নুংশামপী হোন্দুনা চেল্লকই )

লাকপী— ইমাগী লাংলেন চরৈম্বু; লাইবকচাউবী নঙবু তাদ্রৱা? লাংলেন নম্মুং লাংগীদমক কেগে অঙম্বশিংনা মপু ম্নাখং পুহুনা নঙবু পোকপা পম্ছোবু হাওনা তুংবুল পরৈ

লাকপী লাকদবগী নমোম .কদা লৈবগে য়াবা পাউহং তোয়-হৌরে। ইমোম নহাক নত্তনা পম্থোগী অ.া তুরৈ-চনবু কেগে কনানা অ.া প.র হনগনি। নিঙোল পায়মা থৌ. নুংগুম কনগনুনে লাংলেন।

তো.— লাইবকচাউবী নমোমনা লৈমকোন্দি নিংথৌকোল মপুকোন্দি লৈকোয়রেল পামজনেদে অপোকপী।

লাকপী— ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা! পায়.া তিল্লাং খয়োংনা অমুক্তদি খল্লুগবা লাংলেন। নিঙোল পায়মা নুংদা থিংলৌ নীংবা লৈরবস্থু নীংবা কো.ায় ভুংওইনা পম্থোগী অ.া পরে হনবনা লাংলেন শিন্থা ওইয়ুনে।

তোন্নু— পলেমগী য়াবা অসিবু নমোম্না করম্না পাউথুম্লসিগেনে অপোকপী। ( হায়না মমাদা ঙাশিল্ল.া কপ্পি )

লাকপী - ইমোম নতৌ উরগা ইমাস্থু খাঙফম খঙদ্রে। ৱাংলেন ঙাহাক থিল্লবদি নিংথৌ মনাই অঙম্বশিংনা নঙবু পোকপা পম্থোবু হাওনা ভুংবুল পরৈ লাক কেগে সোরোক য়াংবীথক তাউবা হুইগং থাংহুনা চিংবগুম পুখিবহু লাংলেন করম্না য়েংহৌরসিগে।

তোন্নু— ( কপ্পা কপ্পা ) অমত্তা পোকপী নমোমগী থিংলৌ নীংবা অপাম্বা লৈরবস্থু পলেম পম্থো অনিগী অৱাববু কোক্কদবা লৈরবদি নমোমগী থিংলৌ নীংবা কোঙ্গায়বু ভুংওইনজরগেনে অপোকপী ( মমাদা কোনহুনা কপ্পি )

লাকপী— লাংলেন। ( মচাবু মুংশিনা কোনবি )

## ১২ শুবা উৎপা

### লাইঙ্গিংলাকপগী মাঙ্গোল

( ওকস্নুলাকপা তোলোমখোম্বা, কৈস্নুম শাঙলেন হঙ্গুব-নচিংবা অঙম্বশিংগা লাইজিংলাকপগা নায়োকুনা লেপপি )

ওকস্নু — লাইজিংলাকপা অঙম্বা। মপু লোইশঙ অমত্তুদা কলা শিংকাপ তম্মিন্নরকপা অঙম্বনি পায়মা নুংদা খন্দুনা হন্না হন্না চিঙ্গোয়নবনি। লাইজিংলাকপা নঙ্গু হাওনা তুংবল পরৈলাক কেগে সোরোক য়াবথক মোইরাং লৈবাক মীমাংদা তাউবা হুইগং থাংহনা চিবগু চিংবহু অঙম্বা পাম্বরা ?

লাকপা — ওকস্নুলাকপা অঙম্বা ! কেগে লবাক্কীদমকনি পায়মা নুংদা খন্দুনা হ্রাংলেন অম্বক কুইবসি অঙম্বনা চিঙ্গোয়নবা য়াম্না পুন্নমক খা চিক্কুনা খাঙবনিনা। হ্রায়াম পাউ-য়াম্নগী মহুৎতা মপু য়াথং তুংইন্না অঙম্বা নথৌ পাংথোকউ

ওকস্নু — কৈস্নুম শঙলেন হঙ্গবা ! ( কৈস্নুম হঙ্গবনা লুচিংলগা খোংমীশিংনা লাইজিং লাকপবু পুনগে তৌবা মতঃসিদা তোন্নু কপ্পুনা চেনশিল্লকই )।

তোন্নু — ইপা ইবুঙো। নমোম ইস্নুংলাংগীদমক্তা হাওনা তুংবুল পরৈল্লাক কেগে সোরোক য়াংবীথক করম্না খোঙ্গশান-বিগদোৗরির্বনো অপোকপা। ( মপানু কোল্লি )

লাকপা— লাংলেন ! করিগী পায়মা মুংঙোলবগে ? অরাবনা মুংদা মুম মুংঙাই চিনবাল লাংশিন্না ইমোম পুক্লিং খোয়দাদনা লিক্লাই লিকথাং ওইবহ্ ইপানা করম য়ে গনি ।

তোম্বু— পলেম পম্বৌগী শিম্বা ইনবনা নমোন ঐগী ইশরুক্লি নমোম্না পায়মা খুরৌ চেনজদে । কেগে লৈবাক লৈ-চাউনবা নিংথৌগী নীংবা থুংননবা নমোম্বু থাজ ননীং য়োনজ নখা তম্নিরোনে অপোকপা । ( ওকম্বুলাকপদা ) পম্বৌ ওকম্বুলাকপা অঙম্বা ! নিঙোল য়াম্না থাজবিয়ু, লৈবাক শিম্বা লুরেন কোক্কা থোংজরে ।

লাকপা— য়াম্বা ওকম্বুলাকপা অঙম্বা ! ব্রাংলেন থিদনা হাওনা মুংবুল পাইরলাক কৈস্মুন শাঙলেনদা পুবিয়ো । (তোম্বুদা) নপা ঐনা পায়মা উলগোইম্বু দা তিল্লাং খোয়দানা মুংশিজরবী ইমোম নহাকপু পামদবা ময়ানয়াইদা য়ামোইবরো ইপানা কর। চিমোয়নবা ঙমগনি লাংলেন ?

তোম্বু - ইপা ইবুঙো ! পায়মা খুরৌ চেনবিরম্নু । পলেম পম্বৌগী শিম্বা ইনবনা নমোমগী অরেম্বা শরিনি ।

তোম্বু— নমোম্না কাউজ মমল ওইরগা পম্বোবু কৈস্মুম শঙ-লেনদগী হনজরগেনে অপোকপা ।

লাকপা — নত্তে নত্তে লাংলেন ! ইমোমগী পায়মা ব্রাখল শেরান্নরে। নপা ঐনা কৈস্মুন শঙলেন মুংদা কুরাউ

লাকপা হংলান চন্দুনা লৈরুগদবদি লোইদাম থামুম খরদনি। ইমোম নঙনা লৈমা নিংথৌকোন্দা পামদনা হংলান চনহুনা কপসি কপঙমদ, নোকসি নোকঙমদ অদুবনা হুংঙাইবশা কুমশিং থাশিং খঙদনা য়াঙ্গোইবহুবু ইপানা করম য়েংহুনা লৈগনি। নত্তে, কৈন্থুম শঙলেন হগুবা। ঐবু থিদনা কৈন্থুম শঙলেন তানা পুবিবো।

( চংকে তৌবা তোন্নুনা মপাগী মখোঙ কোন্দুনা )

তোন্নু— নমোম ইন্থুং লাইদমক পন্থৈনা কৈন্থুম শঙলেন নুংদা লৈগ্রগা কেগে লৈবাক মীমাংদা তাংজ মায়সে পুহুনা নমোম্মা করম লহৌরসিংগনে অপোকপা।

লাকপা নিংথৌনি ঙম্মী লৈবাক্কী মপুনি খন্দুনা অমত্তা পোৎ চবী ইমোম নঙবু লৈরাং থংপগুম থংকে য়াংগা মপা ঐবু কৈন্থুম শঙলেন নুংদা থমগনি অদুক ফজ বা সনা য়াথবু কোকথোংন্দুনা কৈন্থুম শঙলেন নুংদা লবদি লেম-জনিংঙাইনিনে লাংলেন!

( ওকন্থুলাকপা তোলোমখোম্বা ইকায়হুনা য়েংলেন )

তোন্নু — নিঙোল ইরোমদোমগী খনজদেদো নমোম্মা। কেগে লৈচাউ খুনজাউনবা লৈমাকোন্দি নিংথৌকোল, মপু-কোন্দি লৈকোয়রেল য়োজরগেনে অপোকপা। (ওকন্থু লাকপদা) পম্থৌ ওকন্থুলাকপা! নুপী ম্মারানি রা-চানবিদবরা? পম্থৌ মাগী অরা পরৈ হন্নবা লৈবাক

তো ,— য়াৱা কোকুথোং লিক্লাই লিকথাং ওইগে মমোন ঐনা চোংথোকচবনিনা।

তবম্মু লাংলেন নহাওা লবাক য়াৱা তুংইন্না লিক্লাই লিকথাং ওইবা য়ৱবদি কাৱক পম্বৌ নাবু হাওনা তুংবুল পাৱনগনি।

লাকপা— নত্তে য়াম্না অঙম্না! ইদোমগী য়াৱা ৱাচান্নবিগন্নু! ঃপা ঐগী খন্দৱা থিংলৌ নীংবা তুংওইনা লিক্লাই লিকথাং ওইবা পা ঐগী পায়মা নুংদা খনা পামদে। লাংলেন থিন্দনা কস্মুম শঙলেন তান্না খোংকাপ নাওৱ থাৱলসি ( চংকে তৌবদা তোন্নুনা খাম্বদা তৌফম খঙদবা )

তোম্বু করিদিদনক্কা পায়মা খুরৌ চেনবিরিবগনে অপোকপা ইথক্লা ইবুং অমা শাংতে ইখাদা ইপা অমা ফুইদে, পম্বৌগী অৱা কোকথোং পুবিরগদবা কেগে মোইরাং লৈবাক্কা কনা লৈবগেনে অপোকপা। ( মপাগী মখোং কোন্দুনা কপ্পি )

লাকপা— লাংলেন ( হায়না মচাবু মুংশিনা কোনখংলি )

---

## ১৩ শুবা উৎপা

### পুখ্রী মপাল

( তোম্বু মশম মনা ইথা ফারদ্রু শম্বলদা ভারগা হিক্লা হিক্লা কপপি। থোইবু তৌফম খঙদনা লেপ্পূনা লৈ )

তোম্বু— নিংথৌ পম্মা য়াংবনে, লৈবাক থানা লুবনে, চিঙ লাহ্পাউনা কনবনে পাম্মু নঙবু হুশি হুংশি শেংনবা তারেদকো। নিঙোল শক্লা পাম্মু গ নাম্লনা থেংচখিবা শিঙেল নাচোম অম্বু হৌজিক ফাওবা লৈরাং লেং ওনদ্রিবরা? লৈরং লৈমন চল্লবদি অমা তুার চং, অনং ইরৈ লাংলে পাম্মু নঙবু কৌজবনি পাউংন- খিবহ্ চিংঙু শারব খিবা কনখিনা শিঙেল নচো। য়াওরি কাউরবরনে থোইবু।

থোইবু - নুংশি কায়না লৈচাক্লা থম্মোয় থায়না চাকনিবা ইবেম্মা অমাবসি ননাই থোইবু য়েংঙমদ্রে।

( অঙাওবীগী মতৌগুম মতোমদা হঙ্গং হনা চংহূনা মৈচাক খাঙলিঙৈদা লম্মে থাবগী তোরবুংদগী তাম্মোই হুংশিংনা পুরক্লুনা মমাঙদা তাবহ্ খুনগলগা তাঙ্গোই য়েংহ্না তেংথানা ঈশৈ শকই )

লমলেন তোরবুং ল জাউদনা
মালং মাঙওইনহ্না

শেম্বি তাগোই নিঙনা পাইরু পবু
পাম্মু মপাউ প্লুরকপরা
লুংশি পাউখেলবু লাকপরা
খেঙনাইদবী ইতারোই
চিংইদবী খোয়নেও
পাউ শেংবিয়ুগদা ইতাবোই।
( হায়া হিক্লা হিক্লা কপ্প )

তোন্দু— নিঙোলা হলা ইংংলা পাম্মু মানা খোঙদোইরক্লবদি নিঙোল শক্লা প্লকনে পাওমে বিযুকো চানবী। নিঙোলনা পাম্মু মকাগা য়াওরো শজি পোংতপখিবা লুংশি খেলনা য়াওরোয় নিঙোল নাংগা য়েংহনবিরকউ পাম্মু চেংলো য়েংজবগুম য়েংগো চিংদায় পাউদমবিযুলো খেইস্ত।

খেইন্দু— কেগো লৈমবেল নিংথিবী নশাক্লা পাম্বো তোংবা মরানয়াইদগী খোকাপ নাওইর থাগ্রা। হাংলবা নিঙোল কাদা ননাই খেইস্ত করা লৈহোগনি। ননাইস্ত ইবেম্মা হেনা নুংং ইজগো।

তোন্দু - খোয়নৌ শকপী থোইস্ত। নিঙোলনা লৈমা নিংথৌ কোন্দা খোকাপ নাওইর থাবদি লুংঙাই য়াইবী মরাং কায়নবা নত্তেদো। তেন। কৌবী পোম্বীনা উত্তং অক্লাদা মখোঙ পাইর চন্দুনা পোম্বী য়েংলোন্দা লোইমোম কৌগে খিল ওইরোমদা তরা চেংগে বিন্নবস্তু

তোম্বু— চেক্লা লক্তা তিঃনিংবনা পোম্বী কবঙাংনে'না খো না লাউনা বঙগুম বপুশিঃা নোকশিঃা ঝাদশি.া ঃং- ঙাইশা হরগদৌরিবনিনে থোইনু।

থোইনু— অহা মুংঙাই খুদিংদা ইবেম্মগী নত্তেৎ পাংজ.গ।

তোম্বু— হৈনা ইত্তুং ইনগেখ বম্বু লমলেন তেরবুং লমজাউনা য়ংরে শারম থিখিবা পাম্মু মানা হল্লবপা ফাও- বদদি নিঙোল ইরানয়াংদা লৈখোবো। নঙ ঐ লৈত্রবদি মাঙ্গ মাঙ্গি মযমদা বেগে মোইরাং কনানা নিঙোল.প.উ. তম্বিগনি। ( লাইজিংলাকপী চঙলকই )

লাকপী— ইমাগী লাংলেন ইবেম্মা! হৌজিক ফাওবা চেংহি শম্লাল লাং উতি শমখোং তে ৎিবরা? নিংথৌ মনাহ অঙজশিংনে। পম্মৌ শুম ং মথেবোম দোলা: লেংজ উ থাহুনা ইমোম নঙবু ঙাইহুনা নহৌরে। ঝালেন মতম ঝায়রে তোয়না তবশিল্লক্লেনে লাংলেন!

থোইনু— লোইজরগে অপোবপী ( লাইজিংলাকপী চংখি )

তোম্বু – ( তোরবুংলোমদা ওল্ল ।) ঝালেন পুংজা ফানা পাম্মু নঙবু ঙাইবা ঙম্মোইদোরেনে ননাওনা। তংতনা হুম- লিবা মালংবা! নিঙোলগী অ.াবা ইপাউবু লংলেন তোরবুং লমজাউদা চিংঙ শারম থিখিবা পাম্মু মাগী মকাদা তম্বিরুকো। ( থোইনুদা ) অহা মুংঙাই খুদিংদা ইতেং পাংলক্লবী খোয়নৌ শকপী চাংবী! নিঙোলনা

তোম্বু— কোরৌ চুপ্পা শেমজবা শিঙেলনা লৈরাং নাচোম থম-জরমগে, নিঙোল শক্রা পাম্বু মকাদা পীবিয়ুকো ইতারোই। (হায়না তোম্বু থোইম্বু কর্পমিননৈ)

---

# ১৪ শুবা উংপা

## তোম্বু লমজাউগী উং মতম— নুংথিল

(কদেং মশা চোকথনা লাক্লগা হুমাং তৈথোক্লুনা ফমথে)

কদে— চিংঙু মানা বুবিদুনা শানৌ ইনেম্মচাগী পোংতপ য়াওরৌ শক্তি ফারে, চিংঙু শারম চামাম্নু শুরে।

খোংমী— (চঙলক্লুনা) অঙম্বা। য়াওরৌ শক্তিম্নু ময়াদা নাপি মকা অংগা চিকউ য়াদম্নুনা তোঙান্না থংজরে।

কদেং - অংদি তয়ুম! নখোয় পুম্নমক কোরৌ চুপ্পা অৱা হুইজোং লাংলুবগী ঙাহাক মালং ইচিক থেমজক্লরো। ঙসি কোরৌ নোংদি মালেম মমশিল্লক্লবনিনা লম-দম অসিদা লমদল্লসি। হয়েং কোরৌ নোঙ্গাশোই লোয়া তমলোন অঙনবদা চিংঙু শারম পুথুনা ইনিংথৌদা কংলুসি। চংলো তরা থৌরাংলুরো। ঐসু ঙাহাক থঙ্গোন হকচিক লাংখিগে। (খোংমী-চংথি) মালং হুংশিং মাঙওইনা হুংশিরবা লৈরাংগী লৈনম লাকলিবা অসিবু লমলেন কৈদগী ওইরিগবা।

কদেং— শিঙেল লৈনম ফংবদা শানৌ ইনেম্মচাগী লৈরাং নাচোম মুনীংশিংলকই ( নাচোম লৌথোক্লুনা য়েংবদা ( লৈমল চল্লম্বু উবদা ও ক্লুনা ) লৈরাং লৈমল চল্লবা ! ( নাচোমদা মুমা য়েংবদা মমিংতা তোম্বু লাইজিং লেম্বী উরকই, মনাকোংদা পাওমেল্লরকপা রাইহৈশিংহু তাই )

তোম্বু— ( মপাদগী কদেংগী রাখল ওইনা ) ঙসি কোরৌ নোংদা নুংশি নঙগী নাপ্পবা খোয়নৌ ইতা শক্লবা শিঙেল লৈরাং নাচোমবু থেংনগেকো ননাওনা। মুজা ওইবী মপোক্লা পাম্মু খোঙলোয় চাদ্রবম্মু শিঙল নাচোম অসিনা মুজা ইজং শিল, পাম্মু নফুং ইনজগেকো। মাগু নহাক্লা শিঙেল নাচোম উরগা ননাও য়াওরি খনবিয়ু। শিঙেল লৈচু ওল্দবা লৈরাং লমন চন্দবা চিংঙু থাংজীংনা কুবিসনু। করিগুম্বা শিঙেল লৈচু ওল্লবা লৈরাং লৈমন চল্লবনি অরা তুরৈ চনে, অনং ইরৈ লাংলে পাম্মু নঙবু কোঞবনি কাউবিগম্বুকো পাম্মুবা

কদেং— ( নুংশানবী হোন্দুনা নুংশাথীনা ) পাখং হৈনা ইফুংদা মুজা মাবু অরা তুরৈ চল, অনং ইরৈ লাংলরা ! চিংঙু থাংজীং কোয়রেল্লাই খোয়ুম নঙনা কুবিহনা মুজা মহাক্লা চংবী লাতোন থক্লা য়াতাদ্রিঙে নিঙোলগী পোংর্তপ য়াওরৌ শক্তি অসিতদি— — – ( হায়না মখুৎ লোম্নতুনা খুরুম্নগা ফিংনা হৌগংলি )

যবনিকা

# অনিশুবা মতাং

## অহানবা ঊংপা

### নিংথৌগী অচিকপা কা

( তোম্বু মথ.ায় মুংঙাতইনা হাথল তৌদুনা ফমই। থোইবুনা মনাক্তা চঙলকগা খুরুম্মী। তোম্বু হৌশংলগা থোইবু মখুৎ পায়দুনা চিশিন্দগা ফমই্ল্লি )

তোম্বু - অচানবী! লৈমকোন্দা চাক্তাবা নিংথৌ কোন্দা কায়দোংবা নিঙোলনী থ.ায় চেক্লা মান্না লমদম তা:। পাইখিবনা চেক্লাচাগুম চিংনদিরমদনা পোম্বী হুনা মতুংদা লৈংবোন্না য়েরকলেদো। নিঙোল হৈনা হুতুংদা নিঙোল নাম্বা হ্ময়োংশঙ চেক্লা মাবু পাইরকপরা?

থোইবু ঐবু লোংবী হ্যবেম্মা, লিক্লাই লিকথাং অথোইবী। ননাইনা করম্না ম্না.া পাউদমসিগে?

তোম্বু ( নাক য়েংতা য়েংলগা ) অচানবী! চেক্লা মপাউ তানিংবনা নাম্না কোইঙাওনরক্লে, চিংনা পরেন্দনা তম্মুগবা?

থোইবু — তাইবং তুমখুল তানগ্রবা অহীং ইচিক হুল্লকপা কোরৌ থকী থাজবু লোইবী চীংগী নাপোম্না থাজ ফিরুক খুম্লকবদা পন্থৌ মোংবা মরানমাই নিঙোল নাম্বা ইয়োংশঙ পলেম তাখিনি মতাগুম পন্থৌ থঙখিনি

থোইহু— মওংগুম মীয়ুবা খোঞ্জেল্লুনা য়াকায়রকই। ননাই থোইহুনা থোংজি নাতেঁবা লগা চেক্লাচাগুনা চিনিয়া নিঙোল নপাউ তম্বদা চেক্লা মথুদি ইপোন পোল. পোম্বী মঙক্লি ইচোই চোই মিংলু তরং ঈরাংহৌ নিঙোল কোলোয় মিংলেং রম্নগা চেক্লা শাঙ্খা তমখিদো

তোম্বু— ওকলে ভোকলো অচানবী। য়াবা নপাউ ত রগা পায়মা মুংদা ঙ্গরা থাম্বী মল্লায়রবলে।
(শোর শাংনা হোল্লমগা ঙ্গান মাংহুনা ভুথরকনদা থোইহুনা চঙশিল্লগা ঙাবই। মত সিদা মনাইহুবী অমা চঙলক্লুনা খুকম্বী)

মনাইহুবী– লিক্লাই য়াথং ভুংঙ্গা মপু য়েংকী পাম্বোম ওইরিবা মদাইরেম বদেং থংজহনবনা লমলেন তোম্বুং লমজাউদগী ফাবকপা য়াংদৌ শক্তি অতং থোংদা হৈনা কংচগে অঙম্বা থোংবাপ তম্লকলি। (বদেংগী মতিং পনবদা কোকচাউবী বাই, মতিং তথক তথকই ঙাহাক রাখল তেঁরগা)

তোম্বু— লিক্লাই পাম্বোম ওইরিবা তঙম্বনা খোঙদোইবিরকপদি য়ামজেম ইরাইবক ফবনি চিঙ্গোয়নজরবই য়োইদম পাউদমবিয়ু। (মনাইহুবী খুরুম্নগা থোবখি। বদেং শক্তি পুথুনা চঙলকই, মথোয় অনি উনবমত্তদা হুংঙাইনদবা মিংয়েংনা ঙাহাক য়েংনরমলগা লুকখনে, তোম্বু মমিংতা পিগী ঈরা চেলি)

কদেং — কেগে লৈমরোল লুচিংবী লিক্লাই লিকথাং অশোঙবী।
ওসি কোরৌ নোংদা কদেংনা থাংজিল্লবা এৈনা লমজেল
তোরবুং লমজ,উদগী চিংগু শারম থিবদা শাকা রাগুব
তমকপা যাংগরৌ শক্তি অসি খোংঙা ওইনা কংচল্লি।
। কদেংনা শক্তি পুল্লিবা থৌরি লিভোন্ন লানশিজবদা
খোইমুনা থৌরি পায়রগা চিংশিনলি, কদেং মথবায়
শোক্লা য়েংলম্লগা চংকে তৌবদা।)

তোম্ব চিংগু নোংদমখোলনা কনথিবনা হাংলেন খজিক
শোয়নখিবনা অঙগা নকমদা মতিক চাবা য়াংবৌ
শক্তিগী কাউজ মমল পীবা ওন্মোইদৌরে। ওসি
কোরৌ নোংদা এৈগী লৈজরিবা ইরলদি য়িৎলু তয়াং
লাইজ অসিদা মগাইজবে।

কদেং – (হন্না য়েংলগা) চিঙ্গোয়নবিবিবা য়াবা অতুনা কেগে
লৈমরোল লুচিংবীগী মতিক চাবা য়াবানি।
(কদেং মথবায় মুংঙাইতনা চংখি। তোন্বুনা মানা
চংখিবা মায়কৈদা য়েংজুরগা জ্ঞান মাংতুনা ভুথরকই,
খোইমুনা ঙাকই)

# অনিশুবা উৎপা

## লুমহাং

( কদেং কদাং য়ারী শাহুনা লাকই )

কদাং— পাখৌ ইবুঙো! কেগে কংলা থৌগার ভুবা লোইদাম য়াবুম অহম ফাজিল্লকলে। লমলেন কৈদা খোঙশাল্লুবগে পাখৌ! ( কদেং খুমদনা মরু লুক্কুনা লৈ )

কদেং— পাখৌ ইবুঙো! লমলেন কৈদসু খোঙশানদে। ইয়ুম মাংবা, ইরানয়াইদা লেঙদনা লৈ।

কদাং— ক্লাকপান থোংবু চিক লুপান থোংবু নাহুনা তৌরা কক্লা য়াত্তাবরা?

কদেং— পায়মা খান্বী মৈশা লাংবনা তরা চাবা খোয়জংদা খোমলেন য়াত্তাবসু য়াদনা রানা পুনসি লেংদা পাখৌ! পায়মা হুংগী অৱাবসি খঙবিনবা কেগে মোইরাং লৈবাক্তা কনা উয়ক্লেনা পাখৌ।

কদাং— পাখৌ ইবুঙো! তাবু হুংগী চরৈগুম পায়মা বাখল থুপচান্নবিগনু। পাখৌ নত্তেং পাংনবা কদাং হিংলি পায়মা মুংদা করিগী চিংনবগে?

কদেং— পাখৌ নফমদা করিগী পায়মা য়াবা থুপচাংগদগে। পাখৌ নহাক্না ঐগী শয়েং পাম্বোম ওইরিঙে কেগে মোইরাং কনানা কদেংবু লাকচা খুতুম চল্লগনি।

কদাং— পাখৌ ইবুঙো তাবিয়ু। ঙসি কোরৌ নোংলেনদা পাখৌনা পায়মা য়াবা ফিগে শেংবিত্রবদি শরিসো

কদ্রাং — চিংঙ মান্না খংসুন্নু কদাং ইরানয়াইদা হনথরোই তরা চাকস্তু চাগ্ররোই।

কদেং— পাথৌ ইবুংগো! কল্লা মগুংলাংগীদনক্কা কদেংনা অরা তুরৈ চনগদগে? মিংনা য়েংলে মিং নাম্নুংবা খুংনা খিরে খুং নামুবা গুান্নু তুম্বী য়াংকোন শেলো লোই য়ৌবা য়ারা ওইদনা পাথৌ নকমদা চিংগোয়নবা ওমদবনি।

কদাং— ফাইরেন থাগী থানিন্দা য়াওরো লাং থাক্কুনা চেক্লা মারু ফাজরগা ঙুংশি কত্রং লংলানা চেক্লা মথোঙ, পরৈচল পাম্মু পোন্দা য়োবচন্বা পোম্বীবু বেগে লৈবাক লৈচাউনবনি পাথৌ হৈনা নংংদা ঙুংশি বত্রং থদংতুনা চেক্লা যানা মপু কোন্দা য়োকখিবী লৈংকোনা চাথিবী নশানৌ মচুং লাংগী নত্তবরনে পাথৌ।

কদেং— চিঙ্গোয়নরুরগা কদেং কোলোয় হৈনগদবা লৈতেদো! ঙুংশি মাগী মগুংলাং ইকায় চরৈনখিবনা ইয়ুম কেগে মোইরাংদা কদেং য়াইবী হিংহুনা লৈংা ওম্মোইদোরে পায়না ঙুংদা খনজরে পাথৌ।

কদ্রাং চুম্মি পাথো ইবুঙো পায়মা খোয়দাকম থোক্তে চিংঙ নোংদমথোলনা কনখিবনা থোকিগ্রবনি থোকগ্রসনু। কদাং ইতিক্তি ওইদে ইপানি চাদে। করিগুম্বা চিংঙ মানা কুবিরুনা নশানৌ ননেম্মচা তোন্নু লাইজিং লেম্বীবু

কদাং — পাখৌ নৱানয়াইদা পুৱকপা থোক পাখেনা শিঙেল লৈমনদি লৈৱাং চিন্নথাকনি পায়মা হুংদা চিংনগদবা লৈরবদি কদাং ঐগী শাগা পাঙ্গল থোক্নৈ। পায়মা হুংগী য়াৱা অমত্তদি খঙজনিংঙি পাখৌ।

কদেং— পাখৌ ইবুঙো। লৈৱাং চিন্নথাকনি পায়মা হুংদা চিংনগদবা নত্তে। কদেং ইরমগী দমক লিক্লাই খুয়া খাদা লংলা লংজিন চিংথোকপা পামজদেনে পাখৌ। হন্দকী মপোক অসিংদি চাদ তাউজিং হৈরাংগুম য়াঙজপ্রসন্নু।

কদাং— পাখৌ নঙনা মাঙবদি লেগে মেইরাং লবাক্কী পাঙ্গল ময়েং তাবনি। নশানৌ নেম্মচাগী হুংশি পরৈ থুপ-চান্নখিবা লিক্লাই খুয়াদা হঙ্গৎলগা হুংশি পরৈ হনজরুগে মপু পায়মা উনগোইনুং কৈখা থাবা মন ইনি খন্দুনা হুংশিবিরম্ববদি য়াম্জেম ইয়াইবক ফবনি। করিগুম্বা থঙইবিদ্রবদি বেগে লৈবাক্লা নামা লেপসন্নু কদাং ইরোনুদোম ঙম্মে কেগে লৈবাক লু-নাউ ওনগে, ঙমদবা থোক্লে পান্থৌ নঙ্গুং লাংগীনি য়াইবী থরায় পান্থুৎ্রোই। হয়েং কোরৌ নোংলেন্দা মপু সনা মাঙখা য়েংনা লৈবা পরৈ য়েংনা হন ওইনা লৈবা থৌয় ওইনা হল অকংবা শরোই থিংনা মপু য়াথং ন্নিরক্তে।

কদেং— পাখৌ! ( হায়না মখোয় আনি হুংশননা কোয়ে )

# অহুমশুবা উৎপা

## নিংথৌগী অচিকপা কা

('কদেং থা জহনবনা কংলম্বা নাকল অমদা কদেং অতোপ্পা নাকন্দনা তোঙ্গু য়েকপা থাঙলাং অহু থাঙখুম হাং-তোক্লগা নিংথৌগা কদাং ভারুংহনবগা য়েংমিন্নহুনা লৈরম্মী। ভাহাক য়েংলগা থাঙহু কদাংদা পীঃ। কদাংনা থাঙখু দা হানজিল্লগা ভাহুনা থমই। নিংথৌ ফম-ফংদা ফমহুনা মক লুকুমাম্ব খল তৌই। 'ভারুংহনবা নিংথৌ খুরুম্লগা খুরু খুদক কূন্দুনা লৈ)।

নিংথৌ — ইদাইরেম কদাং ভারুংহনবা! (হা মথা তাদনা কদাংদা মু। য়েংই)

কদাং — ইনিংথৌ।

নিংথৌ— নিংথৌ ঐগী ইকমদা ইদাইরেম কদেং থাঙজহনবনা কংলম্বা নাকং থাঙলেন অসি য়েংলগা নতাগা কদেংগী পায়মান্নুংশ্রী মাঙাহু থঙলরদি কিগৈ লৈংঙ অচানবা।

কদাং— ঐবু 'লোইবা লৈলাবা ননাইকু' লোইবা 'ইনিংথৌ! য়োম্লবদা কনবিয়ু, লাম্লবা ভাকপিয়ু পাখৌ কদেং থাংজহনবনা লিক্লাই খুম্নাদা চাম্লারকি। য়োম্লবহু কেগে লৈবাকী। অদা অনা শরুক ভাজম্নরুবা ইনিংথৌগীদমক্তা মাইকী মথরাম কংগ্রবা নদাইরেমদি কনবিহুনা লাম্লবা

কদাং— কাদা ঙাকপ্পিগনিদো ইনিংথৌ। ( মত়সিদা তোন্নু থোঙজিন মক্কমদা লোম্না তাই )

নিংথৌ— লৈবাক নিংথৌগী য়াইফনবা কেগে লৈবাক লৈচ উনবা চিংঙু শারম চামা কৎচগে, ঙমদ্রগা য়াংরো শাঙং শিন্দুনা কদেং য়াইবী থাজগে চিংঙু থাংজীং পন্দুনা কেগে কংল্লা পুংময়োল লৈবাক মীয়াম মমাঙদা শরি পন্দোল লোম্লগা লমলেন তোরবুং লমজাউদগী য়াওরো শারম চামা শাফা রাঙম তম্বা শারুংহনবা মাগী মথৌন বু করম্না কাউগনি অঙম্বা।

কদাং— ইনিংথৌনা চানবিংা লুংশিবিবননি।

নিংথৌ— ইদাইবেম্মা চিংঙু শারম কংলম্লগা কংলা উগ্রা শঙ· লাংমৈদা শাহোং ঙাংহাংবা য়াওদনা কেগে কংলা থৌগারক্তবা লোইদাম থাবুম অহুম ফাজিন্নকলে।

কদাং— লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! চিংঙু শারম কংলম্লগা পাথৌ কদেং থাংজহনবদি অনা লাইঙং খণ্ডদনা তোরাং কক্তা ওল হেদো নাহে চনখিবা লৈবাকী অমাই- অমাইবীনা ইয়াং চাবান থাক্লনা চিংঙু খয়োম লাক্লনা লায়েংবদা লাইখাই তাত্রে, লায়েংবা ঙমত্রে ইনিংথৌ।

নিংথৌ— অনা লাইঙং খণ্ডদনা পান্দা লায়েংবনদি মুংগী অনাবা কনা ঙয়োই ইদাইরেম!

কদাং— ইনিংথৌনা তাকপিরিবহু অচুম্বা য়ারানি। নদাইরেম কদেং থাংজহনবদি লৈবাক নিংথৌগী য়াইকনবা চিংঙু

কদাং — থাংজীং লাইবু চেংনা থাগোম্নরগা কোরৌ নোঙ্গান-থ্রগে উনবি পুক্লিং লেপখিবনা চাদ থক্ত্রা খোঁগংনহুনা য়াইবী হামবোইনগদবা মিরেল হামচংনগদবা রাংলেন মতম ঙাইহুনা লৈরবনি ইনিংথৌ।

নিংথৌ নত্তওকদেংগা উনবি পুক্লিং লিতিম্নবা চাংবা নহাকনি। চিংঙু থাংজীং লাইবু য়েংলগা য়াব্রা নপাউ শেংঙু। কদেং মানা কংলম্বা থাঙলেন অসি অথোবা মহুং শিন্দুনা থাঙলেন মরোল লোল্লি। পাম্নমা হুংদা চিংনদনা রাকং থা লেনগী য়াব্রা শেংদোকউ নিংথৌ ঐগী ইফদগী ইদাইরেম মানা পাম্বা কৃিনো?

কদাং — ইনিংথৌ! (হায়না মকোক নোন্নগা খুম্না ঙমদনা মরু লুক্কুনা লৈখ্রবদা থোংজিন্না লুমহুনা তারিবী তোম্বু থোরক্লগা মপু খুয়া খাদা খুরুম্নগা হিক্লা হিক্লা কপ-লকই )

নিংথৌ— কেগে লৈমরোল লুচিংবী! পাম্নমা য়াব্রা করি লৈবগে? চিংনা পরে লৈতনা নিংথৌ ঐগী ইফমদা চিনবান য়াকা তমজো।

তোম্বু - লিক্লাই ইবুঙো ইনিংথৌ! কেগে কনানা মোইরাং কনানা লৈবাক য়াব্রাবু লুনা থল, মদোম য়াব্রাবু লাইনা থম, কেগে লৈবাক লৈচাউনবা মোইরাং ঙাহোং চাক-হোংনবা লৈবাক নিংথৌ য়াইফনবা চিংঙু লাইপাউ কোক্লাথোং, মপু য়াথং নমদাপো, য়াওরৌ শারম শিহুনা

তোম্বু— চিংঙ্ থাংজীংদা কংখিবা নদাইরেমনি খনবিদুনা য়োল্লবদুা কনবিয়ু লাল্লবদা ঙাকপিয়ু ইনিংথৌ। লাই-বকচাউবী ঐহাক্না অ.1 মৈচাক দুংদাফুম কায়না মৈশা লাংদুনা কপসি কপঙমদা বপুশিল্লা নোকশি.1 বা.শি.1 দুংঙাইশা সিল্লাই লিকথাং ওই, সনাশিদা চন্দুনা শম্মাং খুরৌ য়েং অদা তুরৈ চল্লিবসে তথৌবা মদুং লাংগিনি ইনিংথৌ। ( হায়না বপুনা হঙংলকপা রাও তাবদা নিংথৌ ঙক্লুনা ভুমিম্না রাখল তৌদুনা লৈ।

নিংথৌ কেগে লৈমরোল লুচিংবী, লাইবক চাউবী নহাকপু লৈমশিংদগী লৈচাশেং ইদাইরেম কদেং থাংজহনবা মগাইদা থাররবনি। নুজা নম্ুং লাংগীদমক্না তৌরাং ফক্লা ওল লুতুং খোইবাকশা হেদো নাহে চন্দ্রনা চাদ থক্ত মক্তনা অদা শোর পাবোং লোন শিবা মচেং খাঙনা লৈরিবা নশাবি বদেং থাজহনবু অনা থরাই লাইকদুনা য়াইবী মথদায় বল্লুচো। ঙসি কোরৌ নোংদা লাইজিংলেম্বী নহাকপু ইমোম শক্লা অওং অউন তমদুনা ইদাইরেম কদেং থাংহনবদা থাজরবনি। মুরা পায়মা দুংদা চিংনা ঈথক ঈপোম লাংলগনু, নিংথৌ ঐগী য়াথংনি।

তোম্বু— ননাই লাইজিংলেম্বীদি লৈমাশিংদা চল্লুবা তাউজিং হৈরু শনাখবা হেরাং মাম তমখ্রবা লোহ্দাম থাবুম অহুম ফারকলে। মপুগী সনা লিক্লাং পরেংদগী চোইখিবা

তোম্বু - সনা লিকলু অসিবু করম্না লমখাংদা মাঙহল্লসিগে। লাইবকচাউবী ঐনা পাম্না রাখল থেন্দুনা চিঙ্গোম্‌নংগোইদবা ম্রারানা মাঙওইনা চিঙ্গোম্নগদবা ম্রারানা তুংওইনা মপু খুম্নাদা লংজখিবা ইরান খিবিকপু নচা ননাইনি খনবিত্নুনা অম্মোল অরান ঙাকপিয়ু।

নিংথৌ - লৈমরোল লাইবকচাউবী! পাম্না নুংদা করিগী চিংনরিবনো? সনা ঈনা ঈহুলতম মোমনু ঈনা ঈপাল লাং, লিক্লাং লক্তী চোইখিবা সনা লিকলু অহেনবা থাংঙ থক্তা মাঙফম্রোই। নুরা নওগী নরলনি থন্না চৈর ফিনা ফিম্মোমশা মাঙদনবা ঙাক শেনগদবনি। কেগে লৈবাক খঙনা কদেংগী রাকং থাঙলেম্না কেগে কংলা য়ুম্বীদা কাউদ উরাই হকপগুম থাঙকম অহুম হক্কনি।

কদাং - (হরাওনা) মপু সনা ম্রাথংদি কোরো নোংদা কাকদে, মালেম লৈদম্বু তাকদে, চৈর ফিগাউ শানা ম্রাজরো লাইজিংলেম্বী।

(কদাং তোম্বু অনিনা নিংথৌ খুরুম্মী। নিংথৌনা হরাওনা মখুং থাঙ্গংলি।

---

লোইরবা

## অইবগী কোঙলবা লাইরিকশিং :-

১। মৈলৈ লৈম্না মুংজুম্বা কদাম্বা লৈমুংশি

২। তোমু লাইজিং লেম্বী (ড্রামা) ৩। লম্মিংলোন

৪। হাওরং লৈশং শাফবী " ৫। মৈতৈ ফুংগা বারী

৬। কেগে লমজা " ৭। চীং-তমগী ফুঙ্গা বারী

৮। শনুলেম্বী " ৯। মণি পরেং

১০। মোইরাং শাইওন (অহানবা শরুক)

(ক) হেঙুনহা—থোংনাং লাইরোলেম্বী

(খ) শাম্বা নহা লমগানবা—খমনুং য়াইদিংকোমু

(গ) বাংলেন পুংদিংহনবা — চকপ্রম য়াইমু ফিশাইবী

(ঘ) ঙানবা—শংলোলেম্বী

১১। মোইরাং শাইওন (অনিশুবা শরুক)

(ঙ) খোয়োন হাওবা—য়াইথিংকোমু

(চ) কদেং থাংজহনবা—তোমু লাইজিংলেম্বী

(ছ) উরা নহা খোংজোম্বা পিদোংমু

(জ) অকোংজাম্বা- ফৌওইবী

১২। মোইরাং শাইওন (অহুমশুবা শরুক)

(ঝ) খম্বা—থোইবী

## ফাওড্রবা ড্রামাশিং :-

১৩। গরীব নিরাজ ১৪। নুবা ঙাইখোংঙম্বী

১৫। হাওবা-কোমু ১৬। নোংয়াই শংলোলেম্বী

১৭। হাওমু কৈশিলেম্বী ১৮। পুরেম্বা

১৯। খুচুপ চৈমিয়াং ২০। খম্ব-থোইবী